মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীগী মতেংনা ফোঙজবা

# কংলা লৈয়াৎ

শ্রীখুমন্নস্থম য়াইমা সিংহ

মমল লুপা ৮·০০

# ৱাহৈ খরদং

মৈতৈগী লিরবা পুয়াদগী হৌজিক্কী চংনবী নহারোলগা পাবদা স্নুংঙাইগদবা ৱাহৈ ৱাতাদা ইথোকচবদি অহল ওইরবা ফিভম শোক্লবা ঐহাক্কী ইতিক্তি নত্তে। অদুবু ইরৈবাকচা, ঈরমদম অসিগী নৌরিবা নহারোলগী মফমদা খুদোল তমজনিংদুনা "কংলা লৈয়াং" হায়বা লাইরিক অসি পুথোকচবনি। হৌজিক্কী চংনবী লোন্দা পুদাদা পুথোকপদা ৱাহৈ ৱাত', বনানগী অশোয়বা অমদি মথক মখা ওন্নখিবা কয়া য়াওরবস্তু পাবীরিবা ময়ামা জাকাপিরক্লবা নিংশিংজরি অমস্তুং মথংগী খুংনমদা চুমথোকচগনি।

লাইরিক অসিদা মচল শুনা হাপ্পিংবনা, য়াওরিবা ৱারী খুদিং মক শম্লপ শম্লপ ইজরবনি।

শ্রীথুমল্লম্বম য়াইমা সিংহ
পণ্ডিত অচৌবা, গবেষনা ভুষন,
ফেল্লো, সুবর্ণজয়ন্তী বিশেষ সন্মান।

# য়াওফম তাকপা

# কংলা নৈয়াৎ

অহানবা শরুক

## শৈহৌ

হুঁম হুঁম উঁম খোইয়ুম লাইনিংথৌ, য়াংলৌ য়াইবীরেন সিদবা, অরাং নোংকু মহুমনুংগী য়াইবী মতোম অথুপ্পা ঙংথি লাইজত্তম ওইবা, থরাই লেঙদবা সিদবগী লিঙ্গুনফম, মালেম নৈদা ফমলবদি মিমি ফাল নৈথিন কৌএ। নফিদি চুমথাংনে॥ শিংথাফমদা ফমলবদি খিং খিং শিংঙ্গবা কৌএ॥ খুংঙ্গুদি নোংথাংনে॥ হাই কুকেং কৌএ।

হুংকারা উংকারা ঙংবা, খোইগী মখোলগুম্না লাইনিংথৌ, ওংলৌ-ওংলকপা (খোঙদারকপা) থরাই অথোইবা, মাঙদবগী মফম অরাংবা মরেপ খঙঙমদ্রবা নোংকু (নোংদোনদ) মহুম (ময়ুম) ওইনা মাঙদবা, থরাই মতোম্নতা থুপ্পা নৈবা॥ ঙঁথি (মপাল নাইদবা) ঈশিংদা য়াতাবা, (ময়ুম ওইবা) মাঙদবা থরাইগী লিঙ্গুনফম (হৌরকফম) মালেম নৈবাক্তা লাক্লবদি মিমি ফাল (থরাই পানবশিংগী মমিদা ফমফম ওইবা)। নৈবাক্তা ফম্লগা লইথিন কৌবা, নফিদি চুমথাংনি খুংঙ্গুদি নোংথাংনে। হাইকুকেং কৌএ॥

# তাইবংপান অহানবা ওইবা

তাইবংপান লৈত্রিঙৈ অহানবা থোরকপা ময়েক্তি অ, ক— অক্ ।। অকুনা অতিংকোক পোকএ, অতিয়া পোকএ, অসিবা পোকএ, কোঞ্জিল ভূথোকপা পোকএ ।। অতিংকোক্না অহাংবা পোকএ ।। অতিয়ানা নূংশিং পোকএ ।। অসিবনা ঈশিং পোকএ ।। ক + অ = কা, কানা নমুঙবী পোকএ, নোংথাংলৈমা পোকএ, অচিবী পোকএ ।। লৈশিরেন পোকএ ।। নমুঙবীনা নোং পোকএ ।। নোংথাং লৈমনা লৈচিন পোকলে। অচিবীনা লিক্লা পোক্লে ।। লৈশিরেন্না কোংগোল পোকএ, য়ারা (খোঙেন) পোকএ ।।

ছুমলেন (নুংশিং), হামলেন (লৈচিল) অনিমক্না ওনেঙনা লাই অয়াম্বা পোকলক্লে। লাই পুন্নমক ফমফম লেপফম লৈত্রপদা খমলেন খম্বগী লাইনিংথৌদা য়াকংলবদা লাইনিংথৌনা অতিয়া সিদবগা অসিবগা অনিদা মালেম লৈশেমও হায়না থৌদারে ।। কোরৌ নোংনাংপান খমলেন খম্বগী খোইয়ুম লাইনিংথৌ সিদবা (গুরু) না কোলোই ময়াথংগী অতিয়া সিদবনা মালেম লৈশেমগৈগী পাওমেনজরকএ ।। অতিয়া সিদবনা পাওহংএ— পন্থৌ-ও করম্না করম্না মালেম শেমগদবনো ।। খোইয়ুম লাইনিংথৌ সিদবনা হায়এ—নোংথৌ ময়োন মাপলস্থনা, মালেম ময়োনস্থ মাপলস্থনা শেমলু-ও ।। গুরুশিদবনা থৌজাল মাইয়োক্না অতিয়া সিদবদা য়েংও হায়না ময়া কাথোকলে ।।

লাইনিংথৌ সিদবগী পুকমুংদা য়েংহল্লে ॥ অতিয়া সিদবনা য়েংলগা হায়জৈএ—হে পন্থৌ লাইনিংথৌ সিদব-ও করিনা শেমগদবনো তাকপিয়ু হায়রবদা লাইনিংথৌ সিদবা গুরুনা মখোয় মনুংদগী তুনুং লংলুক কুম্বা, হামৈ মপাককুম্বা, হামৈ মরুম চাওবা পীবিরে ॥ অতুগা হুঁকার, উঁকার, লোইশোন তাকপিরে ॥

# লৈশেমবা হৌবা

অতিয়া সিদবা অসিবগা অনিমক্তা মালেম লৈশেম্বদা লৈফেদোম মাপল থেংক্ত খায়রে ॥ পরিং উরোং মাপল থানা, শেকমোম কাইবী লাওম হুলগুম, মিনা মিরা থাকপগুম পরিং থারে ॥ পরিংদা য়ংলগা পান্তুম লাক্না মালেম লৈকোইরেন শেমলে ॥ লৈফেদোম মাপলগী ময়াইদা, লাইনিংথৌ সিদবা গুরুনা তাইবংপান নিঙশিংবগী মফম, খুঙ ফালখোং কংলোগী ফাল খেং (কংলা কৌবা নুং) অতুদা পাকন্না মামুংবদি লেংদনা অতুমক লৈ ॥ মফম অমদগী কোন্থৌ নোংথৌ মরোন তরেং ফাউনা নোংদংলেন কৌবা কারোং অমা লৈশাপোন তরেং ফাউবা লৈথারোন তরেং ফাউবা লৈতংলেন কৌবা কারোং অমা, কারেং লৈফেদোম মাপল—খণ্ড মাপল, মালেম লৈকোইরেনবুস্থু ভারতবর্ষ খণ্ড হায়না খঙৈ ।

নুংফালখোং—নুংলোল সাইহুট লাইরিক্তা কংলা কৌবা নুং লৈ হায়রি (মসিদা পল্লিবসি অহুনি)

অনিগী মরক্তা হৌফম পাফল নামুংবা লৈ। লাইনিংথৌ সিদবগী তাংবল লেঙদবা লৈ। মতুগী চিথেক মরিমক্তা লৈবাক নোংথৌ ফাওনা চুপ ছুইফলাং ওইনা ফাজিনবদি লাই সিদবা কৌবা ১॥ মালচিবা ২॥ ছাইশাবা ৩॥ সেনখৈরেন ৪॥ মরিমক ফাজিন্দুনা, ঙাক্না লৈএ॥ অতুগা অতিয়া সিদবনা কোরৌ নোংথৌ মরোন তরেং শেমলে, মালেম লৈখারোন তরেং শেমলে।! নোংথৌ মরোন মাপল, মালেম লৈরোন মাপল গুরুবসু নোংথৌ মরোন অনি মালেম লৈরোন অনিদি শেম্বা য়াওদে॥

# লৈরোন মাপল নোংলোন মাপলগী রারম

কংলাগী ফালখোং মখা লৈবাক মনূঙদা লৈবু তিল্লুপ নামুংবা কৌই॥ তিল্লুপ কৌবদি - লিল, লাইরেন, হংকোক, হঙেঙাই, থেঙ্গু, তিম্বূন নাপুল, ঙাপ্রুম, ঙারিন অসিনচিংবা তিল অম্বাম্বগী লৈবাক মরোন অমা ওই॥ লাইরেম্বা লৈম-রেনগী মঙান্দগী হি-য়াই, কোথি, পিথাই কোলঙৌ, শেন, অসিনচিংবা অসি পোকই॥ হি য়াই পুবা তিল তিল্লুপ নামুংবা কৌই। মফম অসি অতিয়া সিদবনা শেম্বা য়াওদে॥ মফম অমনা লৈখারোন তরেংকি মখাদা লৈবাক্কি লৈথৈ অরোইবদা খুংশাবা, মোমনু সিনসু তরেংগুম্বা, মসা মাপল, মসুঙ নাইনা মালেমগী খোঙচৎ কায়দনবা উঙবদগী, মালেম ওইবা অচং-চত্ত পুয়মকী হৌরকফম ওইরিবা অসিগা তিল্লুপকা

অনি অসি অতিয়া সিদবনা শেঙ্গা য়াওদে। নোংথৌ মরোন মাপল কৌবদি কংলাগী লম অকোইবা, লাইরূপ কৌবা খোইয়ুম লাইনিংথৌ সিদবনা লৈমরেন সিদবীগা লোইননা লাই পাখং লাইনুরা অয়াম্বনা মনিঙ তম্না শান্নবা লাইরূপ তিল্লুপকী মথক্তা লৈবা মফম অসি নোংলোন কৌই। মসিস্তু অতিয়া সিদবনা শেঙ্গদা য়াওদে। নোংথৌ মরোন অমনা নোংমাংলেন অচৌবা, খোইয়ুম লাইগী লৈবাক মরোন তরেংকী মথক্তা খমলেন খঙ্গা লাইগী নিংথৌ অথেইবনা লৈবা মফম নুমিৎ, থা, থবানমিচাক্কী অমম অঙান লৈখিদ্রবা মথক তগী মঙাল্লা লুঙাইনা লৈবা তাইবং মপুসিদবগী মফম, মদাইরেম পুন্নমক পোকপা-শিবগী, অরা-অনা য়াওদ্রবা, খোইয়ুম লাইগী চেংলৌ শকওইনা লৈত্রবা মফম নোংমাংলেন অথোইবা (অচৌবা) কৌই। নোংমাংলেন অথুবা (অপিকপা) কৌবদি কংলা পুংময়োমগী অকোইবা লাইনিংথৌনা শান্নবা মফমনু কৌই। অদুবু নোংলোন মফম অনি অসি অতিয়া সিদবনা শেমদে। লৈবাক মলুংদা লৈবা তিল্লুপ হায়বা অসিস্তু লৈবাকী লৈথৈ অরোইবা খুংশাবা (তরেংগুম্না) হায়রি। অসিস্তু মশা মাপল হায়বা অসিনা (গ্রহগী) খোঙচৎ য়ুমফম মাপল হায়না খঙনরি। পাতাল মরোন তরেং, স্বর্গ মরোন তরেং মরোন তবামরি হায়না খঙনরি। মৈতৈগী লাইরিক্তা লৈরোন মাপল নোংলোন মাপল মরোন তরানিপাল হায়না

খঙনরি। মরোন তরানিপাম ঙায়না লৈবা অসিদা মরোন মরিদি লৈশেঙ্বা লাইনা শেমবদা স্থাপদবনা মরোন তরামরি হায়রে।

# ঙুবীত্রগা লাই শাবা লাইরিক্কী ব্যারম

কংলা কালথোং মথাদা (মালেম লৈবাক অসিগী মথা। ইথং থংবদা) অয়েকপা, লাই ময়েক্কা লৈবা ভারিন অনি চিন এক্রনালে। মথম অতুগী লৈরোন অমা ওইনা লৈ। অতুগী মথক্তা তাইবং মীগী মশক ওইবা লাইজাও অমা লৈরে। মাগী মশক ওইবা লাইজাও অতুগী মক্রাং মথাদা থেঙ্গু অমা লৈ। থেঙ্গুগী মথক্তা ওক অমা লৈ। মতুগী মথক্তা শমু অমা লৈ। অতুগী মথক্তা কংলা পাফল অতুনা মথক ইথং থনা তাইবং লাইজাও অতুগী মকোক্তা কোকথোংননা পুরগা মগুং অনিনা পায়শিল্লগা ফাজিন্দুনা মকোক্তা পাফল পুরি। মখোংনা ফাজিন্দুনা মক্রাংদা লৈবা থেঙ্গুনচিংবা ওক, শমু, ভারিনয়োনা মথাদা লাইজাওগী মখোঙনা লেঙদনবা ফাজিল্লি।

---

ঙা, থেঙ্গু লিগ, ওক, পাফল অসিনা মালেম পুম্নমক পুরি হায়বা মরম অসিদা মালেমসিগী ওইনা লাইরিক লেংবশিংগা থেন্নবা, মান্নদবনা অয়াম্বা ওই। মসি মালেম লৈকোইরেন (ভারতবর্ষ খণ্ডগী) ওইরিবনি হায়না খঙনরি।

কংলা ফালখোংগী মথক্তা উরেম সিদবা উপাল অমা হৌরি উপাল অসিগী মসা মাপল পাল্লি। ২। মথা থংবদা খোঞ্জেল ফবা অমা লাইমিং শকই। ৩। মৈরম থংবা চিরাদা শরিক লাইজুইবা অমা পাল্লি। ৪। নোংপোক থংবা চিরাদা পুঙ যৈবা অমা পাল্লি। ৫। চৌংখ থংবা চিরাদা মিকুপ্পা ( শুরগী তাংকক ) খোঙচৎ পুক্তা শিঙথাবা, সেন খিঙবা অমা পাল্লি। ৬। অরাং থংবা চিরাদা লৈরি, নোংলি খিনা, লেপলোশাবা অমা পাল্লি। ৭। কোরু পাংবা চিরাদা শুবাক তবুংখুনা, লৈরি নোংলি চিংবা অমা পাল্লি। ৮। নোংচুপ থংবা চিরাদা ক্তৌদ্রি খোংবা অমগা ফাইদ্রি খোংবা অমগা অনি পাল্লি। ৯। মসিগী ময়াই মক্তোংগী মথক্তা তাইবংপানগী মবুংঙো মবেম্মা লাইনিংথৌ সিদবা লৈমরেল সিদবী অনিমক্তা মকাইফমমে। মরম অসি থঙজরবদি মাঙইবগী অরাবা কোকএ। হে মীওইব শঙও।

## অহানবা লাইনা পাল্লপ্পা মতম

লাইরিক অসিদা হায়রি — লাইনিংথৌ সিদবগী খুঙম মাপান কংলাদা লৈরবু সিদবা উপাল কৌই। হায়রিবা অসিনা কংলা ফালখোং মরক্তা মউ পান্সী ওংবগা চিরা মাপল হায়রিবা অসিনা ( মশা মাপল, মশা মাপলনা লাইবুংথৌ ) লাইবুংথৌগী শুবম মাপলনা অকোইবা, মশা মাপল ওইনা কিদেন তরেঙগী ইরম খোংলম তরেংনা কোনবা লম, কংলৈ-

য়োই কোনুং ইরম তরেৎ, লাই ঙুরা তরেংকি ঈশিংখোং তরেৎ-মক্ত (ঈরম তরেং) শান্নবা লাইনিংথৌগী খুবম মাপলমকপু চীং কৌই। লাইরেম্মগী খুবম তরেংমকপু পাং কৌই। মতম অতুদা লমলৈমা তুরৈমা হেলোই পুন্নমকস্ত শান্নে।

মতম অতুগী মথং মথং পান্নখ্রা নিংথৌসিংদি

পিসিন কাংবীনা কাংবীরেন পোকএ। ১। লৈফমসন্না লৈশংলেন পোকএ। ২। লৈচিংলেন চনুনা লাইচিংবা পোকএ। ৩। লৈতংলেন চনুনা লৈতংঙানবা পোকএ। ৪। তেংবৌ লৈমনা লাইতংবা পোকএ। ৫। মখোয় মঙা অসিদগী গুরুগী মচা অতোনবা পাখং য়োইরেনবা ফাওবা লাইনা। পানখিবা মতমনি। লাইনা পানখিবা মতমগী লাই মথৈদি নিংথৌরোন্দা চনদে (ইদে)। লৈতংঙানবা অসিদি মীগী শক্তম ওইবনা "খুনুং লৈকোই। ১। লাংদাই লাংৈই। ২।" লাইরিক অনিদা ঙানবনা অহানবা নিংথৌনি হায়না লৈ। নিংথৌ কাংবগী মমাংদা ঙানবনা অরাংমুংবী চীংমাংদা পাল্লি হায়না লৈ। লৈতং ঙানবা অসি তুমদ হিপ্তুবগী অরাবা লৈতে চাদ-থক্তবগী অরাম খোৈরাং লৈতে।

---

অরাং মুংবী চীং = লাঙ্গোল চীং (চীংমৈরোং)
অরাং চাওখোংইরেন = চীংমৈরোংগী মমাং থংবা তুরেল

## ঙন্নাগী অহানবা শুন্দাফম

অরাং নোংকু মহুমনুং খমলেন খঙ্গী থোইয়ুম লাইনিংথৌ পোই থোইবনা নমু তাইবং মীওইযবু খুল্লিংহনগে হায়বগী অরাং কৌক্রু চীংদা থোইয়ুম মরোইনাই, লোইনবা মনাই হান্না থৌ-সিরকয়ে। হান্না থারকয়ে। মরম অসিগী অরাং কৌক্রুদা খুল-ঙমলকপা লোইনাই অতুগী মথৌ তৌপদবা থোরম পুন্নমক লাইনিংথৌ কোঞ্জিন তুথোকপনা রায়েন থৌদাহুনা মাগী মাগী শিন্থোং মথৌ তৌহল্লে। মসিগী মরমগী কোঞ্জিন তুথোকপবু কোলোই মমিং লোইনাই পাখংবা কৌই। তাইবং-পানগী অচংপা চত্তবা শঙ্গু মঙ্গুঙ্গা অকুপ্পা পুন্নমকপু মচা খাইনা শেমলে। মী-পো, শা-ঙা, উচেক রায়া পুন্নমকপু মমা অয়াম্বনা পোকপনা পোকপা, শাংপনা শাংপা, মশিংস্নুনা পোকলে শাংলে। অস্তম তৌনা মপুঙ ফাবা শুন্দাহুনা পাল্লবদা কোঞ্জিল তুথেকপদি অরাং মুংবী চীং কৌবা চীংগী চীংসা অমদা লাইরেম্মা নমুংবীগী মকাইফমদা থুংলরবদা লৈমুং থোংঙারেন থেংনরে। লৈমুং থোংঙারেম্মা খমনুং লৈপাক্কগী লৈতংনিংথৌ চন্থু উনহুনা লৈতংনিংথৌ চনুনা লৈতংঙানবা পোকএ। অরাং মুংবী চীংগী মাংদা, ঙানবা মপু নিংথৌ কৌনা, ঙানবা শাগে কাংলুপ অমা অহানবা খুন্দারে।

---

অরাংমুংবী চীং হায়বদি লাংগোনচীংনি চিংমাং হায়বদি চীং-হৈমেরোংগী মমাংথবা। অরাং চাওথোং ইরেন হায়বা অসি

চীংমৈরোংগী মম্মাংথংবা তুরেন মপান নোংচুপ থংবদা পাল্লে। মফম অসি "থৌনিরোঙ্গ" লাইনিংথৌ থৌনিফম, মীওইবগী অন্না-অনা কোকপা লাইনা থৌভাম্নবীবা মযমনি। মমিং অমনা কুক্কমচীং অতানবা খুন্দাফমনি। থো ঙ ক লেম্না থোক্লক্লগা হনথিবা লৈন্নুংগী লম্বী মফম অহুবু অসি থোং কৌই। মফম অদুদা থোংঙাক লাইরেম্মগী খুবম থমই। অদুগী থৌরাং লোইরগা কোঞ্জিন তুথোকপদি কংলামেন মফমদা লৈবাক ওইনম্বা মতুম তামল্লগা লাইশ্রা-ভিনগোংনা তৌবগুম মথোং থো বী অনি খোংদোনবু মযা চিক্লা য়াতাজনা লৈশ্রে। মাগী হঞ্জিনফমদা হাঞ্জল্লে।

# য়াইবীরেল সিদবনা খুলগুমলকপা

চোইনৌ স্নাচীংদোনলেনগী খোইয়ুম লাইনি থৌ থোই-খোইবা অতিয়া উংলৈন্নুংগী য়াইবী মতোম অথুপ্পা খাকপা তেংলোইনবা পাইমা মনিংসা য়াইরীবেম্না মনু য়াংলৌ তেব, লমলোই ঙানবা চেকপু স্নাতাংবল ওই, কজেংনোংথাংশেনবু সমুপাল্লোইনন। হুম হুম উম হায়বা হুংকাব উংকার লোইননা কংলৈ পুংমায়োন্দা খোংদারক্লে। শং লোইননা নোংদোন্দগী

মনু য়াংলৌ তের লমলোই ঙানবা = উচেক মমিং। চেক = উচেক পুকম্নিংনা নিংবা য়ৌনিং মফম নিংবগয়োব। চপ মান্নবা, লাই-নিংথৌ মাগী স্বরদগী ওইব উচেক লোইনব।

ছুমথরকপা শংগী মমিং নোংছুমশং কৌই। নোংনাংলেন অখুবা (অপিকপা)।

খোইয়ুম য়াইবিরেলগী ওংবা ছুংকার উকারদগী তাইবংপানবনা মরা থিবা হৌরকফম খণ্ডবা মতোন লোইখিবা (মফম খণ্ডবা) লাই অসিসু উচিখোয়না (অসিখোয়) মিক্কারগা লৈবাক্না মকোন শারগা ওংবদা খোই ওইনা পাইখোরকপগুম কোঞ্জিন তুখেকপনা ফিশেং-লৈতেং চেরে লাংলেন থেংনা থোকলক্লে। অতিয়া সিদবগা অশিবগা অনিস্সু নোংথৌ মবোন ওবেং, লৈবাক মরোন তরেং, মরোন তরামরি শেঙ্গা লোইচুনা লাক্লে। মচা অনিগা উনরে। লাইনিংথৌ গুরুসিদবনা অসিবদা হায় অতিয়া সিদবগা কোঞ্জিন তুখোকপগা রা তাম্নচুনা মফম অসিদা মালেম লৈশেম ও। লৈবাক অমা পানবদা মশিং সুনা পানবা য়ানবা, তিনফম-লাইফম, তু-খোং, ইরন খোংলম রাত্তনবা শেমলো হায়রবদা অসিবগা অতিয়া সিদবা অনিমক্না লৈশেম্লে। কোঞ্জিন তুখোকপদি শেমবা য়াওদে। তু-খোং ইরম-খোংলম, চীং-মাল, লৈবাক অমা ওইবদা পানবা য়াবা মপোং রাত্তনবা মশিং সুনা শেমলিংউদা কোঞ্জিন তুখোকপনা হায়রে—পন্থৌ ঐদি নোংনাংলেন অখুবা কংলা মনুংদা গুরুগী হকচাং মনুংগুম্না ইরম খোংলমগা, সিংলি পাকলগা, হকচাং মনুংগা চপ মান্ননা সেমগে হায়না কংলাগী কায়াংকা হকচাংগী কায়াংকা চপ মান্ননা শেমলে, লোইরে।

( গুরুগী ) লাইনিংথৌ সিদবগী মনাক্তা লৈরে ॥ অতিয়া সিদবগা অসিবগা অনিমকস্মু লৈশেম্বা লোইরে ॥

# অসিবনা চীং শেম্বা

## ( কংলাদগী চিংথোকপা )

অসিবনা চীং শেমলে ॥ নোংজুমশঙদগী নোংমৈ পুং চিংথোক্লে, নোংপোক্নী চুপ ওইনা থমলে ॥ নোংমৈপুংনা মকোক ওইরগা লংমাইচীং ( নোংমাইচী ) শেমলে ॥ লিক্রমগী চুপ ওইনা নোংজুমশংদগী চিংথোক্লুনা ললহামপুং পুথোক্লে ॥ ললহামপুংদগী লাঙ্গোল চীং শেমলে ॥ মিনা মিরাং থাকপগুম চিংথোক্লে ॥ নোংজুমশঙদগী পিস্তুমচীং চিংথোক্লে ॥ নোংচপাকি চুপ ওইনা থমলে ॥ পিস্তুমদগী চিংথোক্লুনা হৈবোকচীং শেমলে ॥ নোংজুমশঙদগী নোংমৈবুং চিংথোকপদগী য়িমজাও (য়ুমজাও) শঙ লিংখংলে ॥ য়িমজাওনা নোংমৈপুংগী মকোক ওইরে ॥ নোংজুমশংদগী ললহামপুং চিংথোকপদগী কংলাশঙ লিংখংলে ॥ কংলানা ললহামপুংগী মকোক ওইরে ॥ নোংজুমশঙদগী পিস্তুম চীং চিংথোকখিবদগী স্নাশঙ্গাইনা পিস্তুমগী মকোক ওই ॥ নোংজুমশঙদগী ক্রুমচীং শংলে ॥ লাঙ্গোলদগী নুংগাইচীং শংলে ॥ স্না শঙ্গাইদগী মোংবাশঙ পুথোক্লে ॥ মোংবা শঙ্গাইদগী মুংবী চীং শংলে ॥ নুংজেংদগী থাংখু থাংতেক শংলে ॥ উফোংপাংতগী সেরিকোক পাংশংলে ॥ লোকলাওপুংদগী ফোইচীং

শংলে ॥ মাইবা থিয়াম মখাদগী চীংবাথি শংলে ॥ শৌক্রোক-পন্দগী অঙোম লরাইগী চীংখুচীং শংলে ॥ লাইকোন্দগী চীংখে চীংশংলে ॥ চীংখু লৈকোইদগী হনচীং শংলে ॥ য়ুমথৈদগী (য়ুমথৈ) চাংচীং শংলে ॥ চেংলৈদগী য়াংব্রেন চীং শংলে ॥ য়াওবৈবীদগী মার্জিং শংলে ॥

---

মসিগী মতাং অসি চীংশংলোন্দ সন্দোকনা হায়রি।

অতিয়া সিদবা অমদি অসিবসু মালেম শেম্বা লোইহৌমা লাইনিংথৌ সিদবগী মনাক্তা থূংলরে ॥

---

# নিংথৌ খূভম শিন্নবা

অতিয়া সিদবনা হায়য়ে—পন্থৌ লাইনিংথৌও লৈবাক অসিগী মপুদি কনানা ওইগনি হায়না পাওমেল্লবদা লাইনিংথৌ সিদবা (গুরুনা) হায়রে— মালেম লৈখোং কোইরু, হান্না থূংল-বনা লৈবাককী মপু ওইয়ু হায়রবদা, অতিয়া সিদবগা অসিবগা লৈখোং কোইবা চংখ্রে ॥ ( মতাং অসিদা লৈশেমলোন লাইরিক অমদা স্নামহিনা নোংখোং কোইবা পাখংবনা ফাল-খোং কোইবা হায়না লৈ। অতিয়া সিদবা য়াওদে ॥ )

কোলঞ্জিন তুথোকপনা (গুরুদা) পাওমেমলকএ—তাইবং-পানগী লৈখোং হায়বদি পন্থৌগী ফালখোং অসিনি ॥ পাকপা

---

লৈবাক লৈশেমবা লোইরগা অমুক শেম্বগী কংলাবু হান্না শেম্বা কোন্না লাইবা কৌই ॥

চাওবা ময়ামদি মসানি, মউদি ইপানা ওই। পম্থৌগী ফাল্ল-খোং অসিনা লৈখোংনি হায়না ফালখোং কোইরগা খুরুমলে ॥ লাইনিংথৌ সিদবনা হায়রে—অতোনবা নংদি ঐগী ইতিক অচৌবা অরুববু করম্না খঙবনো ॥ নংদি ইপা অরিবনে ॥ নংনা লৈপাকী মপু ওইরো। নমিংদি পাখং য়োইরেম্বা কৌগে হায়না তাংবল শিন্নরে ॥ মসিগী মতুংদা অতিম্বা সিদবগা অসিবগা অনিমক থুংলবে ॥ লাইনিংথৌ গুরুসিদবনা হায়রে—লৈবাক্তি ননাও অতোনবগী ওইবে ॥ হেঁক্তিক মফম অমদা চংসি হায়দুনা লাই মরিমক কুচুশঙদ লাকয়ে ॥ ফমফম মরিদা মথং মনাও নাইনা, নহা অহন মথক মখা নাইনা ফমলে ॥ গুরু সিদবনা হায়—অতিয়া সিদবা নংদি ইপাগী ফমফম অসিদা ইপাগী শরুক সিন্দুনা পুন্নমক ৱায়েন তৌ। তিল্লুপকী মপু ওইরো হায়না শিন্নরগা মফম অমদা গুরু-সিদবনা ফমলে ॥ অসিবা নংনা লাইগী নিংথৌ ওইরো ॥ লাইরুপকী থৌরমদা ৱায়েন তৌও ॥ তাইবং মীগী য়ুম খুদিংগী য়ুমগী নিংথৌ ওইয়ু ॥ য়ুমলক লৈরক খোংবাল লাইগী নিংথৌ ওইয়ু ॥ কংলৈ পুংয়োনগী লাইফমদো লাইলৈমা লাইনুরা পুন্নমক্কি লৈবাক মপু পাখং য়োইরেম্বা, কোক্তিন তুথোকপা, নিংথৌ অপাম্বা কৌবা পাখংবনি হায়না মচা অতোম্ববু মিংথোনবীদুনা, নিংথৌগী লমচং, লৈবাকঙাকপা, ৱায়েন, খুংস্থ-খুংলাই, থাং-তা, লিকং তেন, লমচং-থৌগল, নিংথৌ ওইবগী, লৈবাকী অরুম্বা পোংলুম পুবা ঙম্নবা পুন্নমক

তাকপিরে, তম্মীরে ।। অদুগা লাইনিংথৌ সিদবদি থেংক্রুক চীংগী নমলোন্দ থুপখিএ ।।

পাখংবনা মি-থৌ ওইরে হায়দুনা লাইপাখং-লাইনুরা লাইরৈমনচিংবা পুন্নমক হরাওরে ।। কম্বালদা চাকচা হৈজন্নসি হায়না হরাউ কুম্মে ঔগ্রী চোংলে ।। মদুদা পাখংবনা পাওমেল্লকয়ে ।। খরাঙাইখোও, ইয়াম্বা অসিবগী কে'লোই মমাথং অমা ঙাকখিসি ।। অসি হায়না পাখংবদি কংলা মেনগী মথা পাংবা লাইদিংগোল কৌবা উমংদা চংখিরে ।।

## অনিশুবা

পাখংববু লাইরৈমা অয়াম্বীনা কোইনা ঙাক্লগা লাইবুংথৌ অয়াঙ্গনা মপালদা মযামতিন্না ঙাকপগী লাইদিনগোন উমং কৌএ ।। মন্নংদা লাইরেম্মা অয়াম্বীনা কোইশিন্দুনা, খুংশন্নুনা ঙাক্লগা লৈবা মফম অদুবু লৈমকোন কৌই ।। মফম অদুদা লাইনুরা অয়াম্বীনা ঔগ্রি চোংদুনা মথল মথা অয়াঙ্গা শান্নে ।। শান্নবগী নুংশি নুংওনবগী লৈহি চুপ্পা লৈ ।। নুমিদাংদা লাইরেম্মশিংগা নুংশি লৈহি চুপ্পা, নুংথিন্না লাইপাখং অয়াঙ্গা লোইনদুনা লৈবাক ঙাকপগী থৌবাং, নিংথি নুংঙাইনা মপুংফানা পান্নবগী লাইবুংথৌ মরিনা লুপ, পনা পাম্নোম ওইরগা, মালেম লৈনুংদা লাইখুল হুংলগা লৈমুংলম্বী চংলম ফানশাং লম্বী শাংনা শেম্লে ।। মসিদা লাইসু তিনসু পুন্নমক শেম্বা য়াওবগী তিনখুল লাইখুল্ল

কৌএ ॥ লম্বীনা ফাওরুবা কংলাগা চংথোক-চংশিন তৌবা মফম লাইফম খূভম ওইনা ৩৬৪ (চহুম হুমফু মরি) শেমলে ॥ লাইরেন (লিল) ওইনা তেংথানৈ ॥ পাখংবদি, (লৈহুং চংপ) অয়াং কৌই ॥ পাখংবগী লোইনবনা অয়াংলোই কৌএ ॥

পাখংবনা সিন্নী লৈমা লাইতং নিংথৌ চঙ্গু ওংনহুনা মচানিপা নিংথৌ কাংবা, মনাও মোরিফস্বালচা অনিমক পোক্লে ॥ নিংথৌ কাংবসি, লাইনিংথৌ সিদবগী তাইবংপানগী মী শেমবদা মাগী মমি তন্না শেম্মী ॥ লাই অতুগী লা ওন কাংবদি গুরু-সিদবগী লাংওনবা নিংথিবা মপু ফাবা নমু তাইবংমীগী শক-তমনি ॥ লাংওন মতমগী মীগী মশক ওইনা পোক্লিবা ফমদো ফমনাইবা, লৈবাক ঙাকপা মী কূন্নি (২০)॥ মী কুন অসিনচিংবা মী অয়ামবা মতম অহুদা শিবা নাবা লৈতে, লাইথুং-লাইনা, অহল ওইরকপগী অশোন অনা লৈতে ॥ মিংয়েংনা অরাপ্পা মফমবু উবা ফংই ॥ লম অরাপ্পগী পাও মনাদা তায় ॥ লম চংপদা ইরম খোংলম, লমবী থোং লৈতবা মফম অয়ামবদস্থু চংলি

---

অয়াং—অকনবা অথৌবা, ফমনাইবশিংবু অয়াং হায়না তেংথাই ॥ অথুবা নংবা থৌনাফবা অয়াং হায়না লৈ ॥

ফমদো ফমনাইববু, অয়াং হায়না কংলৈরোন্দস্থু ইরি ॥ পাখংববু লাইরেনগী মতিক লৈবনা মৈদিঙঙূ তুবী লাইরেন হায়বা নিংথোন অসিনা মৈতৈ নিংথৌরেন্নি হায়না খঙনৈ।

শা-উচেক পুম্নমক মরোল খঙবৈ। য়াচুমশুবা (অচুম্বা য়া ঙাংবা) অরেপ্পা পুকচেল পুক্লিং, কম হোংদবা, মশা মশক হোংদোকপা শাইওন ঙম্বা, মপাঙ্গল নুঙঙ্কুকপা (উ পাম্বী ফুকপা ঙম্বা) ওই।

## নিংথৌ কাংবগী মতম

নিংথৌ কাংবা অসি পাথংবগী মচা ওইবা পোকপনি। মতম অহুদা মহাক্তি মশক হোংদোক হোংজিন (ময়া) তৌদে। অরেপ্পা নমু তাইবংমীগী মশক ওইনা লৈ। য়া হায়খিবা অচুম্বা অরেপ্পা ওই, হোংদে মতম অহুদগী তাইবং মীগী চহি কুমশিং কঙোল্লাই খোংবদা লৌরে। মোরিয়া ফম্বালচানা ইঙা কুমতম্রে ইঙেন কুমথাইরেঁ। থরাই পানবা (জিবা) শিংবু মচাগুম্না য়োকপি। কাংবনা কোরৌ নোংথৌ চনু, শোরারেলগী মচা লৈমতান্নু ওংবৈ॥

---

লৈমাতান্নু—লৈমা কাংখল হায়নস্থ লাইরিক্তা ইবা য়াওই। মরমদি লৈমরেন লাংওন চংখোনবী, লৈমাতান্নু, লৈমা কাংখল লম্মাবীস্থ শাইওল্লি। লাইরিক অয়াম্বদা, মীওইবগী অহানবা হয়িচক (সত্যযুগতা) নিংথৌকাংবা লৈমতান্নু হায়রি। মতম অহুদা চাক কুক্রুবী পাল্লি। শেংপা চাবা পুম্নমক উদা পাল্লি। অসিনা মরম ওইহুনা শা-ঙা চাদে হায়বা লেপনা খঙলে। নিংথৌ কাংবা উক্রোং হোংবা লাইরিক্তা (কীর্তন) হোংনেম্বা অসিদা নুমিৎ লাংলি হায়বা অসিনা হৌজিক মতমগী চৎনবীদা

সংকীর্ত্তন হায়না হোংখ্রিবা অসি হরিচন্দ্রগী মৈতৈগী তৌরক্রবনি হায়বসি লেপনা থগুই।

লৈমা-তান্নু নিংথৌ কাংবা অনিগী মীওইবগী মশক মচা মাপল পোকই। মাপল অসিনা শাগৈ সলাই তোঙান তোঙান্না খাইদোকখিদুনা ময়াম পোকয়ে। মসিনা মফম অয়াম্বদা চংখি।

অসিগী মতুং কুমশিং কয় হৌগ্রবদা হয়াচক (এতাযুগ) লাক্লবদা, কোঞ্জিন তুথোকপনা অশানবদা লৈমারেন সিদবগী পাইমা লিলকোইনুংদা চংখিয়ে। লৈমরেন গুরু অনিমক্তা লিঙ্গী লিন্না কৌনা, মায়োক্নুনা মুণ্ডমু সিদবা মথক্তা ষরাকোল ওইরদুনা য়াহিপ চাকচা তম্না ঙংনয়ে। লৈনুং লোঞ্জা অরিবদি তাইবং নোংসাপ্রান্দা মুমিংকুম মঙান্নাইনা সানফোংলক্লে। মুণ্ডমুথক্তা খোইরেল্লে। পাখংবনা লাইদিবগোন উমংদা লোংতুনা লৈবা, অদুগা লৈনুং লম্বী শেমবা লৈনুংদা চংপগী অমুক লাংওল্লকপগী লৈনুং লোঞ্জা অরিবা তাংজলিল্লা পাখংবা মিংথোল্লে। লৈনুং লোঞ্জা পাখংবগী মতমদা লহৈবুংথৌ মাপলগা লোইনদুনা লৈবাক ঙাক্লে। পাখংবনা সানফোংলক্লবদা চীংখৈদা লৈবী লৈমরেন্না চীং নিংথৌ কৌবা মমোম ওইনা লাংওল্লক্লুনা লংমাইচীংগী মতোন্দগী ঈশিংগা ঈরোইনদুনা কোংবা মরু, কংলা মনুংদা নোংপোক অচিবনা খুংশিন্নয়ে। ইমোইনু অহোংবী কৌনা পাখংবনা ফমবাল তোংলে। লাইবুংথৌ মাপল লাইনুরা তরেং থোগল্লে। ইমোইনু অহোংবী-অচাওবী,

অকোং চক্কবী অরাই কংদবী, তরা চাক্লিং খাক্লা চাকশৌবী ব্রাংলৈ য়েননিংখাক্লা য়েনশৌবী হায়না মিংথোনৱে। ব্রান কৌকম অতুস্ত চাক শৌপুং য়েন শৌপুং কৌরে। ( মকমদি কংলাগী নোংপোকথংবা তুরেন ব্রাংমদা লাইকম ওইনা লৈরে )

লাইনিংথৌনা লৌউবা তমবীরে। লাই পাখং লাইহুবা লৌতারে, মনপোং থোইরে। ইমোইন্নুনা যুমজাও লৈমা, কেওইবী লাইমা চীংথা লৈমা মথং মথং ওইখি। লোঞ্জা পাখংবনা অপানবা, লোলাং পাখ বা নেংদা লাইরেন পাখংবা ওইখি। হয়াচক (ত্রেতাযুগ লাক্লবদা অহানবদা লাইনিংথৌ) সিদবগী মতিক নিংথৌ কাংবগী সাইওল মি থৌ তারিনা সম্বোংনিংথৌগী মমোয়েলোই ভইমু লৈমা ওংনচুনা লৈসাং পোকয়ে, লৈসাংথেম ওইরে। নিংথৌ তাবিনা অমুক নোংদোন্দা কং-খিচুনা শ্বরারেনগী মচা লৈমাতানুগী সাইওল লৈমা কাংখল ওংনচুনা পুরৈরোমবা পুবাংকৌনা পোকয়ে। চীংবা লক্মী পুরৈ-রোম্বা কৌরে। নিংথৌ তারিগী মতম অসি চাক পানংদগী চেং পাল্লে। মতম অচুদগী ক্লুসা রানসা চক্লু ইরান শাবা, চাক থোংলগা চাবা, ফেংদোক চামথোকপা শুদোকপা পুম্নমক তম্লে। লমচৎ, থকসি খাসি, থোগল্লোন খাইনা তম্মীরে। মতুংদা নিংথৌ কাংবা কোম্লুং মফমদ লৈশাংনা পানবগী লৈসাং ইরেন কৌই। মফম মেনুথোং, তুরেনগী নোংচুপ থংবা তুরেনগী নোংপোক মথা পাংবা তুরেন মপান্দা কোমলুং ওইনা নিংথৌ

কাংবগী মফমদা পাল্লে। পুরৈরোম্বমা অরাং হেস্বা চীংমতোন্দা চৌংগী নিংথৌ ওইনা চী'ব্রাংলক্লী পুরৈরোম্বা কৌনা পাল্লে।

অহুমশুবা

## কংলাগী লাইফম ( ইরাৎফম )

### পাখংবগী য়াথোকফম

কুমশিং কয়া হৌগ্রবগী মতুংদা খুন্নুংচক (দ্বাপুর যুগকী) হৌরকপা অহানবদা, লাইয়েক লাইখোং চন্নুনা কুপত্রেং, সেন্ত্রে মচিন মনাও পোকয়ে। কুপত্রেংনা অহন্নে। অহুগা সেন্ত্রেংনা মনাওনে। অনিমক নিংথৌ ওইএ। ময়াম্বা কুপত্রেংনা হান্না নিংথৌ ওইরিঙৈ মতম, সেন্ত্রেংনা মহা মথোং কারকপগী মতমদা লাইনুরাশিংগা সান্নবা মফম অহু (হয়িচক্কী অহানবা) কোঞ্জিন ভুথোকপমা সান্নরম্বা মফমহুদা কায়দনা শান্নবগী সেন্ত্রেং পাখংবা মমিং থোল্লে।

সেন্ত্রেং পাখংবনা য়াথোকফম, কংলৈয়োই কোমুং অচনবদা লাইনুরাসিংগা নুংঙাইনা মনিংতম্না, নুংশি নুংওম্না নুংশি ইরাং হৌনা শান্নবা মফম—যুমজাও কারেন য়াই ॥ ১ ॥ চখাবা উদোয়-লোক, উমং মোংবা হনবা ভুথেক ॥ ২ ॥ লাইদিনগোল উমং ॥ ৩ ॥ তেন কৈখা ইরেন উমং ॥ ৪ ॥ পাওদা ইরেন উমং ॥ ৫ ॥

কক্রুপাল ইরেন উমং । ৬ ।। লৈসাং ইরেন উমং ।। ৭ ।। ক্ষম তরেং অসিদা লাইনরা তরেং, লাইপাখং তরেংমক্কা নিংতম্না শান্নবা মফমদা অমুক হন্না সেক্লেং পাখংবদা শান্নরে ।

১। য়ুমজাও কারেন য়াই :—য়ুমজাওগী অচৌবা কা মথাথংবা তুরেন্দগী হিগাবম হিথাংফম ।।

২। চথাবা উদোয়লোক উমং :—মহাবলিগী উমং অরাং সক্লেন থোংগী মথাথংবা উমং ।।

৩। লাইদিনগোল উমং ;—কংলা শঙগী মথাপাংবরোমদা উমং লাইয়াম তিন্নহুনা পাখংববু ঙাকপা মফম ।। মহুগী মনুংদা লাইরেম্বী অয়াম্বীনা খুংশম্নহুনা পাখংববু কোইনা ঙাক্লগা শান্নবা মফম, উমংগী নোংপোকথংবা ইরেন।। হৌজিক তুরেন নোংপোকলোমদা নিংথৌসি না তুরেন থৈকিবদগী লাপথোকখরে ।

৪। তেন কৈথা ইরেন উমং :—সক্লেনথোংগী অরাংথংবা তুরেনগী নোংচুপ ।।

৫। পাওদা ইরেন উমং :—কংলাশঙগী অরাংথংবা ।।

৬। কেক্রুপাল ইরেন উমং—অরাং এ: ও: সি লৈবদগী মথা থংবা লম ।।

৭। লৈশাং ইরেন উমং :—মেন্নুথোংগী নোংচুপলোম থংবা তুরেন তোরৈ থেকপদগী তুরেনগী নোংপোকথংবা, কংলা শঙদগী চীংথৈ পাংবা তুরেন রাংমা ।

## য়েক সল্লাই তবেংকী অপোকপা

| অপোকপা লাই পাখংগী মমিং | অপোকপী লাইনুরাগী মমিং | নাওয়োইবীগী মমিং | মাইয়োক্লবা মাইবগী মশক |
|---|---|---|---|
| ১। অঙোম কুপক্লেং | লাইখিবী মছুমনু | খাকপা নিংথৌ চনু | নোংলুম |
| ২। নিংথৌজা সেম্লেং | মছুমনু | লৈকক লম্বারেন চনু যাবীরোক | নমিৎ |
| ৩। লুয়াং তকুপলেং | তুংরাইবী | পিয়াইন্ | ইরোই |
| ৪। খুমন মুকক্লেং (মুক্তালেং) | মাংরাইবী তোন থাংন্ | পিয়াইন্ | শামু |
| ৫। মোইরাং লাংক্লেং (লাংতরেং) | চিন্থৈলেমা | লাইন্ ঙাংসবী | শজী |
| ৬। ঙানবা ঙানক্লেং (ঙানতরেং) | থেরেলোংবম চন্ | পুরৈলেমন্সু | কৈ |
| ৭। চেংলৈ সংক্লেং (সনতরেং) | লক্পুবী | হাইন্লৈমা হুইমুলৈমা | হামেং |

ঙাম্বগা খাবগা তিন্নহুনা খাবঙাম্বা কৌএ॥ লৈশাংথেমগা চেংলৈগম্সু তিন্নখিয়ে চেংলৈ কৌএ॥ হাওরোক কোম্হৌসু চেংলেদা তিল্লৈ॥

# সলাই তরেৎ খাইবা

মৈহৌরোন লাইরিক্তা পিয়াইমুনা পোইরৈতোন পোকএ অমসুং মীওইনা পোকপা মপোক অসি পোইরৈতোন কৌইসু, হায় ॥ পোইরৈতোন অসি পিয়াইন্না পোকলে হায়রবসিদি লেপ্পা খওলে ॥ সেন্দ্রেং পাখংবনা কন্নান তোংলবদা। কোলোই মমিং থোন নিংথৌ অপান্না কৌরে ॥ লাইরেন চমজাওবনা মমোম লাইখুরেম্বী, মীওইবগী সাইওল মপোক, লাংওলে ॥ লাইখুরেম্বীবু অপান্নবদা সমু খুৎশিন্নরে ॥ অপান্না নিংথৌ অমদি লাইখুরেম্বী অনিনা তাংবলদা লৈবাক্কী রাজেন তৌরে ॥ নিংথৌ অপান্নবনা লাইনবা তরেৎমকি মচু ময়েক তরেৎ পীরে ॥ সলাই খাইরে, য়েক তরেৎ কৌরে ॥

# সলাই তরেৎকী মচু

১। অঙোম—অঙৌবদা লুফুলয়োন মচুনা য়েকপা ॥
২। নিংথৌজা—অঙাংবা মচুদা 'ঈ' মচুনা য়েকপা ॥
৩। লুৱাং—হিগোক মচুদা অশংবনা য়েকপা ॥
৪। খুমল—কুমলং মচুদা তেংগালি মচুনা য়েকপা ॥
৫। খাবাঙান্না—লোইয়াম্বা মচুদা মেমান্না য়েকপা ॥
৬। মোইরাং—অঙাংবগা নাপুগা অনিনা লাংবা ॥
৭। লৈশাংথেম—চেংলৈগী অশংবদা লৈচেং মচুনা য়েকপা ॥

# থৌগল্লুপ পানা মরি থাইবা

য়েক তরেংনা পানা ( লুপ ) মরি থাইনা নাইনিংথৌগী পাঙ্গোম ওইনা থৌগল তৌরে, থবক পুম্নমক পুরে ।। পানাগী মমিংদি—(১) অহল্লুপ (২) নহালুপ (৩) খাবম (৪) লাইফম ।। (১) খুরাই (২) য়াংখৈ (৩) খ্বাই (৪) য়াইস্কুল লৈকাই মরিমক্না পানা থৌগল্লে ।।

১। খুরাই—অহল্লুপ পনা = অঙোম + চেংলৈ ।।
২। য়াংখৈ—নহালুপ পনা = নিংথৌজা + খুমল ।।
৩। খ্বাই—লাইফম পনা = লুয়াং + ফাম্তেক (লুয়া মখল অমা)
৪। য়াইস্কুল—খাবম পনা = মোইরাং + ঙানবা ।।

# পানা মরিগী মসিন

অহল্লুপ, নহালুপ পনা অনিমকপু য়াঙম লাইফা থৌ কৌই ।। অহল্লুপনা অহলসিংগী থকসি-খাসি নাইবা থৌগল্লে । নহালুপনা লৈবাক ঙাঁকপগী থবক তৌএ ।। খাবম লাইফম পম্নানা পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্তা লূব-হেনবা, ফিশেং-লৈতেং, ফজবা লমচং নিংথিনবা থৌগল তৌএ ।। খাবম পনানা লৌউবা, শিংচনবা, লল ওনবা চাবা থকপগী থৌগল তৌএ ।। মসিবু পোইরৈ খুল-ফাংথৌ কৌই ।। মৈতৈ পোইরৈ লৈরাক্তা নিংথৌ থৌগল পনা মরিনা শিল্লগা তৌরে ।।

নিংথৌরেন অপানবনা লৈমরেন লাইখুরেম্বীগা ফম্লবদা লাইনুরা তরেংনা তাংবল থাক তরেৎতা কাংহাই, কাগোক, সেনাক থৌগল্লে ॥ লাইবুংথৌ মাপলনা সেকপিল (মথোন মাপল) থৌগল্লে ॥ ফমনাইবা নিংথৌ ৩৬১, (চহুম হুমফু-মাথোই) রাংবা থাবা নিংথৌ তরা, ইরোম থাবা নিংথৌ তরা মালেম লৈকোইফম্বা নিংথৌ অয়াম্বা, নিংথৌ লিশিং অমা, পুম্নমক্কা থৌগল্লে ॥

নিংথৌ অপানবগী মতম অসিদা খুন্নুংচক (দ্বাপুর যুগ) অহানবা ওইরক্লবদা, মীগী মপোক্তা পোক্লবনিনা লাইবুংথৌ মাপলগী মহুত্তা মীনা সিল্লে ॥ ফম ওইনা ফমনাইবা মাপল লৈরে ॥ (১) পুথ্রনবা (২) নোংথোনবা (৩) সেলুংবা (৪) পুরাইরাকপা (৫) রাংথৈরাকপা (৬) খাইরাকপা (৭) হিয়াংলোই হঞ্জবা (৮) য়াইস্কুল লাকপা (৯) অঙোম নিংথৌ অপানবগা মাপল কৌনা পাল্লে ॥

লাইনিংথৌনা শান্নরম্বা কংলৈপুংগী অকোইবা মফমদি লাইগী লৈবাক ওইবনিনা, লাইগা মীগা তিন্নহুনা মীনা শিল্লবম্সু লাইম্সু অহুমক লৈ ॥ কংলৈগী লমখৈ, কোন্নুংগী মফমদি—নোংপোক্তা—চিনকাংবম খোংনাং—(চেক্কোলমাংগী লম্বী লমজাও লমজাও, মেন্নুথোং য়েবা লম্বী) ॥ নোংচুপ্তা—কামপোকপী, (জনষ্টোন স্কুলদগী নোংপোকথংবা লম) ॥ মখাদা— চখাবা উদোইলোক মোবহনবা, (মহাবলি উমংগী অরোইবদগী অরাং

ফম্নাইবা শংগী মকোকপু নিংথৌ কৌই ॥

থংবা ইবেন) ॥ মৈরমদা—রাক্রম পন্থোং (নাম্বম চিথেক, অঙোম লৈরক) ॥ চীংখৈদা—লৈশাং ইরেন—(মেন্দ্রথোংগী নোংচুপ মথাথংবা তুরেন রাংমা) ॥ অরাংদা—কেক্রুপাল (অরাং এঃ ওঃসিঃ)। সন্থোংদা—তোলোং, (নিত্যাইবত চিথেক) ॥ কৌব্রুলাইজিদা—খোইবু, হান্না ষ্টেট পিঃ দবলিযুঃ দিঃ মফম ওসিদগী লৈকাই মরি লোংথোরকপা—খুরাই, রাখৈ, খুরাই, য়াইস্কুল লৈকাই মরিমক্না, মস মরি ওইনা কংলৈপ্নোই কোংনু অচনবা পান্থৌগী মউ ওইরগা খুঙ্গাশিংনা মসা ওইনা লোংথোকচনা পাল্লিবা লৈবাক অসি হয়িচক্কুগী খুন্নুংচক্কী অহানবা মতম অসি য়েং মীওইবসিংগী লাইথুং-তিন্দুং অহল ওইংকপগী শিবা নাংদি অরাবা লৈতে ॥

## মরিওবা

পোইরৈতোন্না খুলথোকলমপা মতম, মীগী মপোক লাক-লবদা অমুক পোকপা অমুক শিবা. পোকপু পোক্রবদি শোয়দনা, শিবা লাইগী রায়েন লাক্লবদা কংলা মনুং শিবগী মফম (মং) লিংলে ॥ নিংথৌ থোংখুবনা মংলিংরাই, পিয়াইন্নুনা মংশংরাই হায়রি ॥ মৈদা পোংলোইবগী মরমদা কংলাদা মফম অহুমগী মী—অরাংমুংবী চীংমাং ॥ লৈশাং ইরেন, রাংগোল ও অহুদগী খুরাই, রাংখৈ, খ্বাই, য়াইস্কুল লৈকাই মরিমক পনা মরিদা তিল্লবদা মৈদা পোংলোইবা হায়না লেপ্লরে ॥ মৈদা পাং-লোইবা হৌরে ॥

কৃষ্মিচক অহানবদা পোইরৈতোনগী মমিং ৱাবা চেংঙাচা কৌই ॥ ঐ কৌবা থৱাইনি ।। পুৱিবা লাইদি লমকামশা (লমলক্কা শিংপা মুংশিং) ॥ অনিশুবদা সবী কৌবনা (নিংসা শ্বংগী মু শিংনে) হেক পুৱবদি ৱাবা অদু পোইরৈতোন কোংে ॥ হান্নগী লমলক্কী মুংশিং অদু তোক্লে হায়বগী মমিং তোকপা কৌরে ॥ পোইবৈতোন অদুনা নমু তাইবংমী ওইনা পোক্লক্লবা মতমদা মী অদুগী মাঙগদবা থবায় অদুবু থৱায়রেন কৌরে ॥ থৱাইবেন অদুনা মপান্দা লৈরবদি পাখঙবা অপানবা কৌএ। মপালদা লৈবা কোঞ্জিন তুথোকপদি অপানবগী মঙালগী মশক্লি ॥ লোইনবা লাইদি সনামহি এসিবনি ॥ অনিশুবদা তোকপা ॥ অহুমশুবদা সবী ॥

অসিবা সনামহিগী মমিং থৱাই হানপোইবা মিরেন হাম-চংপা কৌই । হায়বদি, থৱাইগা লোয়নদ্রবা মুংশিঙা তে - লিবা মি অদু কান্নদ্রে অরেম্বনি ॥ থৱাইগা নিগা পাথে ং ওইনা লৈরগা মীওইবগী মপুংফাবা হকচাং ওই ।। মসিবু থৱাইস্নুবা চংহোনবা কৌএ ॥ মুংশিং ওইনা পুনিবা লাইনি অতিয়া সিদবনি ॥ ঐহাক, মহাক, নহাক, অহুম্মক পুম্না হকচাংদা লৈ ॥ ঐ কৌবা থৱাই অদুনা লাংবন তৌদুনা

ঐ কৌবা থবাই —অত্মা, থৱাইরেন—জাবা আত্মা, অপাম্না—পরঅত্মা কোঞ্জিন তুথোকপা লোইনবা— সয়াব্রহ্ম, মিরেন— ব্রহ্ম, তোংবরাবা—পরংব্রহ্ম (মঙ্গিরেন সনামহি)

পিয়াইনুনা নাওরোইদুনা তাইবং মীগী মশক ওইনা পোক্লবা মীওইবগী লমচৎ ফিজেৎ-চাকচা, অক অহেন লাইনিং লাইসোন নিংথিবা মরম পুম্নমক তঁকাপ্পনবগীদমক লাংঙল্লকপনি, অপানবগী মতিক মঙাম্না ওইবিবনি ॥

চীংখোং পোইরৈতোন অসিনা খুন্নোঙ্কপদি মহাক্রোমদা কবো, তখেল, ময়াং অমদি চীং অয়াম্বা ॥ অরাংলোমদা মরাম ফাওবা ॥ মতম অহুগী লম্বী থোং লেতবন চীংম ল. চী খো চীংয়া, কৌচিন-কোইযা থোক্লম্ন কয়া, ফি শেংতবা চাক থোংলগা চাদবা, চীংদা অযাম্বন লেবা শাগন্না মপুন্সি লেন্না মীশিংদা ফিজেৎ-চাকচা, অমম্বা লাইয়েংবা, ফি শুবা, ফেংব-চাম্বা, পুং (থলা পু) থৈবা শকপা শোন্নবা পুম্নমক কোইচং চত্তুনা মফম মফম খুদিদা তম্বীবে ॥ কংলৈরোই কোনুংদা হান্না লৈরিবা পনা মরি গী চৎনরিব, মসিন থোগলম্ম অনৌবা হাপচিল্লে ॥ লাইশোন তিনশোন, ইবাং-থৌনি অনৌবা হোংলে ॥ হান্নগী তৌদবা য়াদবা থৌরমশিংগা তিন-শিল্লে ॥ খাবম, লাইফম পানা অনিগী মথৌদি, লৌ ইংখোলগী থবক তৌবনি ॥ রাঙম নাইজগী মথৌদি, নিংথৌগী মনাই ফমনাইবা, লৈবাক ঙাকপগী থবক তৌরে ॥ মরম অসি-গীদমক পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক কোইরে ॥ লুচিংবা মকোক ওইববু পোইরৈ খুলফাংথৌ (নিংথৌ), রাঙম নাইফাংথৌ (লিংথৌ) কৌই ॥ খুলফা থৌনা লোইলম খুঞ্জাশিংদগী লোইপোং

লৌখংপগী থবক পুই ।। নাইফাংথোনা য়াইরবা হুইয়েন লাল, শা-ফাবা, লাল ফাবগী থবক পুই । মতৌ অসুম্ন কংলৈ পুংমায়োন্দা পানা মরিমক্লা নিংথৌরেন লাইনিংথৌগী থৌগল তৌই ।। য়াইবীরেন, মিরেন তোংবরাবগী লাংওল চংথোনবগী মপোক লাইনিংথৌ পাখংবনা সনাফম্বালদা মৈতৈ পোইবৈ লৈবাক চীংনা কোইনা থম্না, থম্বাল লৈনাওম্বা লৈবাক অসিগী লৈহি অথুম্ববু খোইওম্না লৈহি চুপ্পি হায়বগী খোইয়ুম লাইনিংথৌ হায়না তেংথারি ।।

# নোংদম্বা অপোক অশি লমলেন লাইগী য়ারম

চীংখোং পোইরৈতোন্না অয়া" ওইনা লান্দবা, মীওইবদা মহৈ-মশিং, লমচৎ তাকপা ।। অরাবা তারবা মীসিংগী অরাব কোকপিবা, অচুম্বা লম্বী তাকপীবা ।। মীগী ফনবা, য়াইফনবগী থৌরাং তাকপিবা ।। মতিক ময়াই লৈবা, মহৈ হৈবা মীওইবদগী লোবা য়াবা লৌবা, তম্বীবা য়াবা তম্বীরম্বা ।। চীংখোং পোইরৈতোন্না লৈবাক চাওথোক্লবগীদমক থুঙ্গং লোইচনবা কোইনা চৎপা অসিদা মচানুপী—নুপা পোকপা খুদিংমক মথ মথং শিরম্বী ।। মচা শিহোরবা মতুংদা লমদেংদা পুন্দারগা লৈরবা মতমদা সিংদপুং কৌবা মচানিপা অমা পোক্লে ।। মচানুপা সিংদপুং অহুম্ন শিরবদা পোইরৈতোন

অমদি লৈমা লৈনৌতাবী অনিমক হায়নিংঙায় লৈতনা ৱারে ॥ পোংলোয়দ্রিবৈদা মীকপ্পা তেংথাবা অদু উৎদুনা খমনুং লৈবাক্তা থরায়রেম্না সিদপুংদা—তায়বং মীওইবগী মপোক্তা শিবগী হৌনবা শিন্থোং তাকপীরগা ৱাংলেম মপুংজা যৈদুনা তাম্লক্লে ॥ খমনুংদগী তায়বংপান্দা হল্লক্লুনা মপা পোয়রৈ-তোন্দা থরাইরেম্না তাকপিরকপা পুম্নমক পাওমেল্লে ॥ পোক্লগা অরেম্বদা মাঙদনবা, শিংগা তৌগদবা মথৌ পুম্নমক পাওমেল্লে ।

মরম অসিনা হান্না চংনরম্না মৈতৈগী মী শিবগী মথৌ অসিগা তিনশিন্নদুনা অচৌবা মথৌ (কর্ম) ওইরে ॥ অসিবগী অচৌবা মথৌ অসি মালেম লৈকোইরেনগী লৈবাক পুম্নমক্তা তৌদে ॥ মসি তাইবং নিংথৌগা খুমন্নং নিংথৌগা অনিমক্তি য়াথংনি ॥

লাইগী রায়েম্না তাইবংপানগী অমুক পোকপা অমুক শিবা অসি পোইরৈতোন কৌই ॥ মসিবু অরাম্ব খুবম ফংবা কৌএ ॥ নোংদা চীংখল য়াংনা (শবী) থোংদ পুরবদি মীগী মপোক্তা অমুক হম্না পোক্লে ॥ থোংঙাইবা (তোকপ) না পুপ্রবদি ৱাবা চেংঙাচা কৌরে ॥ অরাবদা হায়নিংঙাই লৈতনা ৱারে ॥ খোইয়ুম লাইগী লাংওন মপোক, অফবা মী, মী মচং ওইব-শিং অদুদি নোংদোন লাইরৈবাক্কী খোইয়ুম লাইগী মথোংলেন্দা মী অদুগী থরাই অদু হকচাংদগী মপাল হেক থোকলকপদা নিংশা লৈরোং কৌবা নুংশিং অদুনা লৈরাং মনম নুংশিবগী

---

অশিবগী ৱারম অসি শিন্থোং লমলেন্দা শুগাইনা হায়রি।

মশক অহুবু লৈগী তাংবল ( দোলাই ) অহুনা পুখিদুনা মুংনাং-কাউথংকোল (লাইগী লাইফমলেন) অথোইবদা খোইয়ুম লাইগী মশক ওইনা লাইরমলেন্দা তিনগ্রে ॥ ইপা-ইপু, ইরেংপু নোংগাখিবনা কুমওম ফাওবনা লৈরম্না মফম থা, সজিক, থবা, থবানমিচাক মফমসিং অসিদা শিখিবা মীহুগী থবাইনা কুমওন অমফাওবা তিনখি । চহি কুমওন য়োরবদি লাংওন মপোক ওইবনা অমুক পোকএ ॥ লাইরমলেন্দা তিনখিব-শিনা লাই ওইনা লৈএ ॥ লাই লৈবাক্তগী লাংওল্লবুনা পোকপা মীদি মীথোই মীহেৎবা ওইনা পোকএ ॥ পোক্লক্লবদি তাইবংপাল ওইরোইদবগী তাইবংপাল মনুং ওইনবা লাংওন শেম্না শাবগী মীয়ামগী লুচিংবা, ফমলেন লুচিংবগী লাংওন মপোক অথোইবনি ॥ মীওইবা মপোকনা হকচাং পোলাং থনমলগা অহনবা হকচাং অমদা চংহিএ ॥ লাইগা মীগা উনবা য়াদবদগী উবদি ফংদে ॥ থবাইদি মাংবা লৈতে, অনৌবা হকচাং হোংবতনি । ঈশিংদা লৈবা তিন্না কংফান্দা কাখৎলগা মসা পান্দুনা হান্নগী মশা থনমলগা অনৌবা হকচাং হোংদোকখিবগুম্বনি ॥

মমু তাইবং মীওইবগী মপোক্তা পোক্লগা শিরবদা লম্বী খঙদবা, লম্বী লৈতবা, চঙফম খঙদবা অসি অমল খমলাং পুপরেং কৌএ ॥ ইরেংপু, খমলাংবু অসি অমল পরেং কৌনা লাই ওইনা শান্নরুনা লৈএ ॥ অতোপ্পা মমিং অমনা য়েন্নখা পাওদাবী সাইগং পোলিবী কৌএ । মখোয়না লম্বী চঙফম

খঙদনা ওন্ননা চঙলুবস্তু লৈপুংনা মন শাবা মো খোংদবা কৌএ॥ মখোম্মনা মীওইবগী পোকফম খোংদা চঙদবগী অরেম্বদা মাঙহনা কসা কৌএ॥ মীওইনা লৈংম্বগী অফবা নুংঙাইবা পাম্বা মবম্না য়েংথাইবা থুগাইবা ওইরে॥

লাইনিংথৌ লোঙ্জা অন্নিবগী মচা তাইবংপান অহানবগী তাইবং মীশক ওইনা, ম্নাইবীরেন সিদবগী লাংওন মতমদগী হৌনা তাইবংপানগী লানঙমদ্রবা থরাই শমগুম্না কুপলবা পুন্নমকপু অরান খুবম ফংনবগীদমক খোইয়ুম লাইগী লাংওন মথং-মথং চক মরিমক্তা লাংওন্নুকএ॥ খুনুংচঙা লাইনিংথৌ পাখংবগী মতমদা মীগী মপোক লান্নবদা চীংখোং পোইরৈতোন খুন্নী নো মহন খুলগী অহন চান্না লৈবদগী অমুক অফবা লম্বী হাপচিন্দনা মৈতৈগী হোংনেম্বা পা খোংকলে॥ মৈতৈগী হোংনেম্বা অসিনা তাইবংপান্দা লানঙমদ্রবা থরাই পুন্নমক্কী লান্নবগী থোৗরাংনি॥ লৈখিদ্রবা লৈখিদ্রবী অহুগী কুমওম ফিরোই তৌদবা ম্নাদবা নিংথৌগী দণ্ডি ওইনা লৈএ॥ লৈখিদ্রিবা অহুগী শলাইগী ইরেং পুরাগী পুন্নমক্কীস্তু লাইনিংথৌ কসা নিংথৌদা লাইমিং থিনগংলে॥ চহি কুমজাগী হোংনেম্বা কংপা অসিনা সাগৈ সলাই অহুগী অহল-লমন, মপা-মমা মবম ম্নাওনা লাইমিং থিনগংলে॥ লৈবাক্কী ওইনা নিংথৌনা কংলে॥

## লাংফমগী ৱারম

তাইবং নোংপোক – তাইবংপান্ন পুন্নমক অসিদ মীওইবগী লাংফম, লাং মথোন তারক লৈয়ে।। মওীইনা পোকপা মপোক্কা লাংবু মিংনা য়েংবদদি উবা ফংদে মরম অসিনা নমু তাইবং মী অয়াম্বনা লাংফমদা চংঙে. চীংঙু মথোজান থোইরুম মরমক্কুনা হাংগদবা লাকথোংনে।। মীরাইবনা য়োঙমদবা, পোংলাইবনা চংঙমদবা থোংনে।।

## লাংফম তরেৎ

১। মীগী মপোং পাম্বা, কল্লকপা, মিংয়েং হকচম্না য়েংবদি নাম্না কোঙ্গোয়লাফোংইদা থুইএ।।

২। মীনম্বা য়াঙাংবা, মপুকনিংদা মীগী মপেৎ হুন্নান-নিংলবদি সিথিংলাং (য়েবা ক্ষুবদা) থুইএ।।

৩। সাগৈ নাওয়েকলাং ( সাগৈ য়েক্লবা ) দি লৈথা তাক্কে (কোমদা তায়ে )।।

৪। নহা অহনগী লমচং-মাইদবা, কমকম চাকম খঙ-দবদি চোইশা লাংদা থুইএ।।

৫। চিরোন মীরান (খঙদবা মীদা চিরোন তৌবা তাং তৌবা) দি থৌগি কোঙ্গোইদা থুইএ।।

৬। সিনা মীনম্বা, ওইদবা ঙাংবদি খুংথি (খুদি থিবা; অম্বাবা খুংথিবা ) লাংদা থুইএ।।

৭। শরি শোম্বা (রাজাং খুদিং রাশকপ) দি সৌথাক লাংদ থুইএ ॥

থরাইনা ,লাংদা থুবা অরুম্বা থবক অসি কোক্লবগীদমক য়েলহৌজৈদগী মৈনারাই তাংনা শম্না মথং মথং তৌরকই ॥ শা জানবা, লাল চৎপা, শা কাবা মী ফাবা, মীনাই ফাবা অসি কোক্লবগীদমক মৈদিঙঙু পাখংবদগী মৈনারাই তাংনা শম্না মথং মথং তৌরকই ॥ লাইম্না য়ুমথৈশং, কংলৈ সাইদাশং (য়ুজাওগী সাইগংদগী (খন্দোকপা শং) লাইম্না য়ুমথৈশং (লাইম্নাগী য়ুম-জাওদগী তপথোকপা খন্দোকপা) য়ুমদিম্ননা য়ুমকুম্না য়ুম-লাংননা সাইদাবা ( মাঙব খনবা ) লাইম্না য়ুমথৈশংদা পুগ্রন নোংথোল, সেল্লুংবা কৈক্লংবা ফমতৌ (ফমনাইবা অঙম অথৌ) পুম্নমক তিম্না ইমিংলোই ইমাংলোই. শংলেন তেংমাইথিনবা (লোইশংগী লুচিংবা) অশৈ (ইশৈ শকপা) অমাই তাওরোই পুংলেন রাকী (লাইশোন সোনবা) অসে খোংফাং লেংনা নিংথৌ-রোন খুদিংগী মৈতৈ লৈমগা লোইমনা জগোয় নিংথৌগা লেপলো সানা চীঙঙু মতিকশক খোইয়ুম মতেংথানা খোইয়ুম লাইথো হাংনা কাংয়ৈশরিক নো দমখিংনা তাওরোই পুং লেনরাকী অসে খোনফাং লেংনা (ইশৈ পলা) চীঙঙু মতিক খোইয়ুম মতেংথা মাইবী থিয়া থৌনা (মাইবী অহৈবা) শিংজেল লৈরাংছন্না খোইয়ুম খুয়ারেন্দা খুক্লমজৈ ॥ মৈদিঙঙু নিংথৌরোন খুদিংদা কুম্বীরা কাওদা ( চহি খুদিং কাওদনা ) থাজ্বা রানিন্দনা সাবা রাংবল পাও কাএ ॥

হোংনেম্বদা অশিথোঙ থিংবা অশিথোঙ হাংবগী মরমদি কৌক্রু লাইহৈজি পাংবা য়ুমজাওগীদি মাংশোক (নাকথা) মপা অসি অসি অশি থোঙনে ॥ থোংঙাক্লিবা লাইরেম্মদি সিরা কোংদিংমুনে ॥ থৌরাংসিন্না লাঙবদি পাম্বোইবীনে ॥ অচম্ব থোঙদি হোংনেম্বগী শম্বোং য়ুমজাওগীনা ক্ষমলেনগী মপা, অমুদা শিংজা খাম্বী লাইরেম্মনা শিংথাবনে ॥ লাইরেম্মনা পোকপা, সিবগী মশিং অয়াম্বা থাইয়ে ॥ খোইয়ুম লাইগী থোংলেন য়াইদি অসৈপলমাবগী (পালাগী পরেং) সম্বোং পাংবদা, নোংদোন্দ হরি হয়া লাওনা লাইমিং থিনগংকনিএ ॥ খণ্ড ॥

চীংখোং পোইরৈতোন্না লমতেংদা য়ুমলেপ ওইনা, অনিশুবা নিংথৌ ওইদুনা লৈবরদা খূমল, লুরাং সলাই অনিনা পাম্বোম ওইদুনা লৈবাক্কী অয়াং ওইনা রায়েন থৌদাইএ ॥ মৈতৈগী হান্না লৈরম্বা লমচংপু পোইরৈতোনগা তিনশিনদুনা মমিং অনি থোকই (মৈতৈ পোইরৈ কৌই) খূমোক + তাইক্রুক, গুমাং + থেলোং, য়েন্নখা + য়েনখূল, মী + পোং, কৈরোই + লৈকাই, ইরম + খোংলম, মুংশিং + নোংছুম, মীশক + মীমাই ॥ নিংথৌরেন অপাম্ব পাখংবদি পুকচেল, চাওবা নিংথৌনিনা লৈবাক্কী চাওখৎনবা থৌয়াংগীদমক পোইরৈতেন্না তোবা থৌরম পুন্নমক হরাওনা য়াগী ॥ তেংবিবা মওং অসিদা পোইরৈতোন্না লৈবাক্কী মপু ওইগে নিঙলদুনা খূমম লুরাংগী অকল অথৌ য়াওনা অহিং নোংয়াইদা কংলৈয়োই কোনুংদা

ভুয়েন লান্দাব্রক্লে ॥ কংলৈগী অথোৱা পাম্ব লৈবেন শকপা কৈরেন তেংথানবা অথোবশিংনা পোইরৈতোনগী লাক্লিবা মী পুম্নমক খারগা মপোৎ মচৈ লোইনা মুন্দুনা পুল্লগা থমলে ॥ পাখংবা অপাম্বনা পোইরৈতোনবু শমু হুবথেননা মুকনা লং-ফাইচন্না কোরেথক্তা থংগেংলগা মালেম লৈদা থাদরো মতিক মম্লাই চিংশিনখরে ॥ পাখংবনা লুরাং লমাইবদা শিরবরা য়েংউ হায়রবদা লুরাং লংমাইবনা শিবমক্তি শিদ্রি হায় । লুরাং লংমাইবনা চিংখংপদা পোইরৈতোন্না হায়রে—(কেগুরু মাইচৌ ঐনা অমম্বদা, শিংচেপ মৈ ॥ থম্লগা পুশিরকপদা ইফি-ইরোন, ইপোং-ইচৈ, খুংগু খুংলাই অমদি ইঙু তালোই ফাওব, মুনবীখরে হায়রবদা লুরাং লংমাইবনা হায়রে—ঐবুস্থ ফাওনা পুন্দুনা শিজগ্নি ঐনা করি তৌব, ঙমগনি ॥ লুরাং লংমাইবগী রা তাবদা পোইরৈতোনবা ঙাওরে । মালেম লৈবাক্তা ওন্না থোইনা পোইরৈতোন্না লৈরিঙৈদা মীওইবগী অপোক অশি থোংদা রাশেনবা লাই খমচিংগোল লাক্লে ॥ থরাই পুবা-থরাইগা লোইনবা তোকপা শা ওইবা ছন্দং অপাইবা লাক্লে । নোংদা চীংখলয়াং শবীস্থু থংলরে ॥ ছুন্নি নারোংস্থু থংলরে । মখোয়না পুগদবগী শঙহুনা লেরে ॥ খুদক অহুদা য়াংগেল্লেন্দা লাই-কৈরুংবনা পোইরৈতোন চিংখংখিয়ে । ( মফম অহুবু মংনাওতা কৌএ ॥ মফম অহু নিংথৌগী মচা মনাও শিবগী পোংলোয়ফমনি ॥ মংলেন্দা নিংথৌরেনগী পোংলোয়ফমনি ॥) মতমহুমক্তদা লৈমা লৈনৌতাবীস্থ ইঙক ঙক্লা য়েংলিঙৈদা

থমচি গোম্না চিংসনখিরে ॥ অঙাং ওইব্রে ॥ হৈরোং নিংথৌগী মচা নিংঙোল ওইনা মমিং লাইম্না কৌরে ॥

---

অতোপ্পা লাইরিকসিংদা লাইম্না অসি পোইরৈতোনগী মচন্নি হায়রি ॥ মরমদি পোইরৈতোনগী মকুপ্পী য়ুমপান্নবী ওইহুনা মচানুপা শুপী পোকপগী মরমদা (তুমন) পাখংবনা লৌবা হৌনদবদগী মচন্নি হায়রি ॥ য়ুমজাও লৈমাগী লাংওন, পোকপা শিবা লৈতবা হায়না খঙনবগী মরমদা ইরম্বনি ॥ মাগী তেং-খারোন্দা লাইম্নাবু হৈরোং নিংথৌ চন্নু হায়রিবা মরম্না অমুক লাংওন মপোক অমা ওইরে হায়বা খঙনরি ।

মরম অমনা—চৈথারোল কুম্বাবগী মকোক্তা পাখংবনা—নংদি পোইরৈতোন্না খুম্বোক্লকপাদা হৈনা মতুং ইল্লকপনি মীগী মপোকনি লাই ওইবা য়াদে ঐদি কোরৌ নোংদোন্দগী কুমলকপনিনা লাই ওইবস্নু মী ওইবস্নু ওমই ॥ হায়রিবা মরম অসিনস্নু লৈনৌতাবী অসি মাগী মপোকনি হায়বা অরেপ্পনি হায়বা খঙই । মোংদা লাই পাখংবা মতমগী য়ুমজাও লৈমা লাইম্না হায়বা অসি শেংনা খংনরি ॥

মৈহৌরোনগী লাইরিকশিংদা অহৌবদা লাইরেম্মা অয়াং-বীনা থাজ পুংকোইশুংদগী তাওরোইনাইবু (থাদা লৈবা) কৌরগা য়োইমরাই শুমিং মহুমশুংদগী মঙাল মৈয়া হৌবা নোংলুম য়াই-বংজম অসিবু নয়াদা উমহুনা পুথখিও হায়না শিহুনা তাওরোই-নাইনা ময়াদা উমলগা পুরকই ॥ নিংথৌ অপাম্বা ওইনা

পান্নে ॥ সুমিংকি মরুমদা থানা লৈবদু নোংলম কৌই (সুমিংকা থাগা তিন্নবা) ॥ সুমিংকা থাগা তিন্নবা মঙাল, মতিক ময়াইগা লোইনবা অতিয়া অচাংবদা ঙান্না তাও-থোকপকপ্রা (মঙাল কাপথোরকপা) অদুবু নাইরেন তাউদনবা তাওবোইনাই কৌই ॥ য়োইময়াম তাওদনবা হায়রগা সুমিংপু খঙবৈ ॥ নিংথৌবুস্মু খঙবৈ ॥ সুমিংতগী পুরকই হায়বগী পুরৈরোম্বা বৌই ॥ মতিক ময়াই লৈবা মঙাল অদুগা লাইয়েক লাইখোং চম্নুগা মাইয়োকনবদগী সুমিংবা মচা সেঙ্গ্রেং, থাগী মচা কুপক্রেং ধনি পোকই ॥ কুপক্রেংনা অঙোম পোকই ॥ সেম্ব্রংনা নিংথেম পোকই ॥

সেঙ্গ্রেং পাখংবা, অপান্বা অসিবু সুমিংকি মচানি হায়-মৈহৌরোন লাইরিকশিংদা সুমিংকী শাগৈ নিংথৌ অপান্বা হায়না লৈ ॥ মৈ লাংপা সলাই তরেংকি মৈফম তোঙান তোঙান্না হৌবা, মৈহৌবা পুম্নমককী মপুনি হায়বগী মৈদিঙঙু পাখংবা হায়না তেংথাই ॥ মৈ তোপনা তোপনা হৌবদু ফরিবা লোন্দনা তৈনা তৈনা মৈহৌবা কৌই ॥ মদুগী মৈতে কৌই ॥ তৈনা তৈনা তোপনা মৈ হৌবা মৈথম্বু সুঙ্গা কৌই ॥ কাংলুপ ফারগা কুরূপ কৌই ॥ মগী থৌরাং তৌবা কাংবুবু সিংলুপ কৌই ॥ অহিং ম্বারেকপা মীবু মৈরিংবা কৌই ॥

অপান্বা নিংথৌ পাখংবগী মঙান পোইরৈতোন্দা লৈবম্বা মঙাল অদু ময়াম্বা অঙোম নিংথৌদা শিন্নরে । মতম অদুদা অঙোম্বা লৈবাক বায়েনবগী অনিশুবা নিংথৌ ওইরবদা খাই

ঙুংচেংবা (খ্বাইদা নৈবা, খাবা সনাইগী মমিং ঙুংজেংবা) কৌবা অমনা নিংথৌ অনি পান্বগী মথৌ পুবা ভমদ্রে ৱারে হায়না শাওরদুনা নোংমগী মমিং অমদা খুংগু খুংলাই লিকুং তেন পায়দুনা (হৌজিক খঙনবা মফম সনজেনথোংগী অৱাংথংবদা তুরেনগী নোংচুপ পাংবা তুরেন মপান্দা) ভাইদুনা নৈরিবৈঙদা অঙোম নিংথৌনা (তুরেন ৱাংমা নোংপোকথংবদগী) কংলা ৱায়েনশঙদা কারকপদা মরিং খুন্নীরোকবী (হয়িরৈঙ মতমদা চখাবা ইদোইলোক উমং কৌই ।। মরিংগী অহানবা খুন্দাবা মফম ওইবগী মরিং নৈরিবৈঙদা মরিং খুন্নীরোক কৌই ) চখাবা ইরেন লাল্লকপদা খ্বাই ঙুংজেংবা (খাবা শাগৈগী পিবা) তেন ৱাইরুবদা লাঙ্গোই শগোলদা তেন্না পাললে ।। শগোলগা লোয়নন্না লোকখাদা অঙোম নিংথৌ লুতুরে ।।

---

খাবনা তেন কাপ্পা মফম অদু তেন চৈখা কৌরে ।। মিদিঙঙু পাইখোম্বা নিংথোগী মতমদা ফৌকৈ ওইরম্বদগী তেন কৈখা ইরেন কৌথি মফম অদুদা অঙোম নিংথৌনা লুতুরবগীদমক ।

লোকখা হায়বা অসি কংলা মফম অসি চীং ওইনা লৈর-ম্বগী ৱাফমনি ।।

পাখংবগী মঙাল ময়াম্বা অঙোমদা চংখিবনা মতম অদুদা পাখংবদি মঙাল লৈতরে ।। মাগী কাইদোংযম লৈতবা মরমদি হকচাংগী মঙুংদা হায়রগা ঐ কৌবা থরাই অহুনা মশাগী হকচাংগী অহুবু মাঙহললগা হকচাংদগী থরাইনা মপান

থোকলবপদ' মাগী কাইদোংফম লৈতে ॥ লৈখা তারবা থরাই অহুবু রাবা চেংঙাচা কে'এ ॥ অতুম্না লৈরবদা পাখংবনা রাখল নিংখম্ননা কেগে মোইরাং লম অচৌবা লৌতাক ঈশিং অচৌবগী রাংমদা লৈবা ইরাংলম অসিদা চীংখোং চীংয়া লোক্তাকী লম অকোইবা অসিদা সংগৈ অতোপ অতোপ্পা ( জাত তিন্নদবা ) খুঙ্গং য়াম্না লৈরিবা অসিগী নকুবা লৈবাক কবো, ময়াং তখেল অসিনা লেই চনখিবা য়াই হায়তুনা মোক্তাদা খুলগুমলে ॥

---

মৈহৌরোন পাখংবা খুলগুমলোন লাইরিক্তা লাইনিংথৌ পাখংবদি খাবা ফান্দোংবগী কম্সাল মুন্নবদগী লোইরেন স্নাপুংদা খুলগুমলহুনা নোংদা লাইরেন ওইনা চহি ১৩০ পাল্লে ॥ কংলৈদা চহি ১২০ পাল্লগা ॥ মুমিং কাপ্পা লাইরিক্তা পাখবা অমদি অঙোম নিংথৌ মচিন মনাও অনিবু মুমিং ওইনা, মুমিং অনি থোকপগী খাইমুংজেং পিবানা মুমিং ময়াম্না তাওমুইরেংবু তেন্না কাপ্পি হায়রিবসি নৈননিংঙাই ওই। অপোকলোল লাইরিক্তা লৈকক লৈয়ারেন চন্না মুমিং কোল্লে পাখংবা পোক্লে ॥ লাইবী মঙ্গমপুন্না নোংলুম কোললো অঙোম তাজিরে য়োইমোংবা পোকএ ॥ নোংদা লাইরেন পাখংবা অসি তাওথিংমাংনি ॥ মতাং অসি খুঃ ২৬৪ দা পাম্বা য়োইমোংবা অমদি তাওথিংমাং মচিন মনাওগী মতমগী রাকমনি ॥ নোংদা লাইরেন পাখংবদি পাখংবা লাইহুই তেংথাদা লমলেন কোনবীরাগী লমদম লিরাই ঈমরু হঙেঙাই কোন্দেহুরাবী মরমথৈদগী

লৈমুং লোঙ্গা অরিবা তাংজা লিলা পাখংবনা মুমুপোং শক ওইনা খুলগুমলকপা, তেংথারিবা অসি কঙ্গাল মিংছল তুবীয়োই নোংদা লাইরেন পাখংবা হায়না মিংছল্লি ।। পাখংবা লাইছইগী অপোকলোন্দা লৈবক লয়ারেন চন্নুনা মুংজেংদা চেপখোল লোংখোললে ।। (পাখংবা খোললে ।। লৈকক লয়ারেন চন্নুদি লাইস্নানে ।। তয়াং তসোইনা ইঙৌ হায়রে—য়াংবা পমদুনা খোম পিথকই হায়বা অসিনা মচানিপা খোইখোই তোম-পোকনি হায়বা খঙই ।। খোইখোই তোমপোকনা নোংবাল-লোম নোংমোইস্নু অহোংবদা য়োইমোংবা, তাওথিংমাং অনি পোকএ ।। মঙমন্নুদি লাইহিরবীনে ।। নোংলুম খোললে ।। অঙোমদগী অজিরৈ য়োইমোংবা শংলে ।। অঙোম চিংশিললগা য়োইমোংবা পোকয়ে ।। লাইস্না লাইবীনা নোংমোইস্নু অহোংবা ওইনা লাংওনবনি হায়না পাখংবা লাইছইদা হায়রি। হায়রিবা অসিনা খাবনা কাপ্পা অঙোম নিংথৌগী লাংওনলি হায়বা খঙহনলি ।। মথক মথা ওন্নবা মথাগী রানা মথক্তা ইরনখনি ) মরম অমনা লোলাং পাখংবগী মতমগী হায়বদি মোইরাংদা খুলগুম্বা পাখংবা অসি কংলৈরোন্দা লোলাং পাখংবা হায়নালৈ ।। মোইরাংদা লৈবা মতমদা লাইয়িংথৌ শিদবনা খংচৌগী মশক ওইনা য়ুমজাও ক্রুরেপলৈমদা পীবা (মাগী থবাম্নমিনা মনাওগী মতুং ইনবা) মচা ওই মম্বাম্না খঙলৈ ।। ঙাঙোই কৌবা অসি য়োইমোংবগী লাংওন মপোকনি হায়বদি লাইরেন ঙাঙোই য়োইমোংবা হায়বা অঙগী তেংথাবনি । অঙোম্নু পাখংবগী ময়াম্বনি খঙহল্লি ।। অছুগী

মরম লম মফম অতু ভাঙোই কৌই ।। লোইদাম থাজা পাখংবা হায়বা অসি থাসি থানিল নাইবা থাশিদগী থা মমিং হোংবা ইংবা শাবগী মতম হোংবা অসিগা পাখংবা হায়না তেংথাই ।। পাখংবগী লাংওন মতুংইন্না অঙোম্বা মশক মমিং হো লিবা লোইনবা অসিনি ।। মতম অতুদা য়োইমোংবা তাওথিংথাং পোকত্রিববু পুখংলগা ইরমলিবা অসি মতম অতুগী চংনবা ওই ।। মসি অহল-লমনশিংদি খঙৈ ।। মরমদি তাওথিংমা মচিন মনাও অনিবু কুপত্রেং সেঙ্গে অনিমক্কী লা ওন মপোবনি হায়বা খঙনবা ইরম্বনি ।।

---

পাখংবনা মোইরাংদা কনা খঙদনা লোম্না গুলগুমথিবা অসিদা কংলৈদা পাখংবগী খোংগুন নিংথৌ পোংবা তরাগা লৈবাককী মীয়াম্না থিরিঙৈদা থাবা শাগৈদি কলৈদা লৈরে ।। মৈদিঙঙু পাখংবদি কেগে থাংজিং কোইরেন লাইগা চে লৌ শক উন্নরবদা কেগে লৌচিকৈ খম্বাল নোংশালৌ মালেম লৈখ বোম্বগী লাংজ ইরম তরেংনা খেঙলেন ইফাওলম ভাঙোই শ দোনয়াইদা ভাঙোই লম্মুগী ময়াইদা মৈদিঙঙু পাখংবগী কংলা শাগে ।। মোইরাং কোনুং অহানবা মফমনে। যুমজাও কারেন মপাল শারে ।। মো বা যুমগেন কারেন মাপলদি খোইমোম লাইরেম্মা ফুরেপ লৈমনা যুমজাও লৈমগী লাংওন নোংপোক স্নাচীং তোম-লেম গুমিং খেরাং থাংনা থোরকপা চীংদা লৈবা পুন্নমবনা (সোম্নবা শকনবীনকরেন) মপান্দা নোংশারে ।। যুমজাও লৈমা

লৈরে ॥ য়ুমজাও লৈমা লৈরবদা পাখংবগী মতিক মঙাল পাওতাবা লম্বু লৌতাবা, তুবু লৌকুম্বী লৌকুম লৌকাবী পাউ-নিংখোন্দগী খাবম পনাগী মোইরাংগা ঙান্নগা সলাই অমি মোইরাং হয়ি খোই খোইচা অখোবগা ঙান্না সিরাই কংজাগা মোইরাংদা খুলগুমলকলে ( খুন্দারে ) ॥ পাখংবগী মচানিপা য়ুংয়াংচাওবা তাক্রুম লুম্মীবা অনি পোক্লে ॥ মচা অনিনা মপুং ফারবদা পাখংদি লৈখারোন্দা সনখুপখরে ॥ মপারী য়ুংয়াংচাওবনা, ঙারারেনগী মচা অরাই লৈমা পান্নহুনা নিংথৌ ওইরে ॥ থাচীংগী মচা ঙাঙোইনা খুলগী অনিগুবা কাংলুপ অমগী নিংথৌ ওই ॥ কেনুং মফম লম মমিংদি ঙাঙোই লম মহুল কৌরে ॥ খাবম পনাগী মোইরাং সলাই অয়াম্বা লাক্লুনা লৈবগী মোইরাং কৌই ॥ মোইরংগী সলাই খায়দ্রিঙে অহানব মমিংদি কেগে কৌই ॥ পাখংবনা য়েক তরেৎ মচু ময়েক শেমহৈদা পাখংবগা থাংচীংগা ঈ অনা তিন্নবগী মরম্না ময়েক লাংবগী মোইরাং কৌই। ইতিন্নবা হায়বদি পাখংবনা ঙাঙোইবু থাংচীংগী মচা ওইহনবা, মচা য়ুংয়াং চাওবগা তাক্রুম লম্মীবগা অনিমকম্সু মোইরাং সলাই ওইহল্লে ॥ মসি খংঙনবগী ঙাঙোইনা য়োইমোংবা ওইনা শাই-ওনবা ॥ অহানবদা অঙোম অনিগুবদা মোইরাং অঙ্গমগুবদা নিংথৌজা সলাইদা লাইরেন ঙাঙোই য়োইমোংবা কৌররে ॥ মতমদি পাখংবনা লোইনবা ঐ কৌবা থরাই, অসিবনা লোই-নবা য়ামহি ॥ থরাইগা মিগা থাদোকনবা য়াদবা অহুঙ্গয়া

তাইবংপানদা ওইরি॥ নিংথৌরেন পাখংবগা লোইনবা কংলৈ অসিব স্নামহিগী লাংওন মখল অমা মতিক চংবনি, পাখংবগী মঙালনা মঙাল ওইরিবনি॥ পাখংবগী সলাই তরেৎ, স্নামহিগী সলাই তরেংকী মনুংদা মী ওইরগা অডোম পুরৈরোম্বদি পাখংবগী কাইদোংফমনি॥ তাওবোইনাই হায়রবদি লিল, লাইরেনগী মশকনি পাখংবনা লাই ওইরগা থুনেং ওই, থুদা ওই॥ লুরাং সলাইদা ফানতেক্তি স্নামহিনি॥ অডোমদা লিক্লা পিচা নোং-দংনুগী ঈদি স্নামহিনি॥

মোইরাংবু লোইরেন স্নাপুং কৌবদি পাখংবনা থুলঙমচৌগী কৌবনে॥ মোইরাংদা হয়িং খোইজা অথৌবগা ঙাবা সিবাই কংজা অনিমকনা মোইরাংদা লৈরিবা অতোপ্পা সাগৈশিংবু লোইচল্লে। নিংঙাই শংদানবা লমহেন্নবনি চাইথাইবে॥ কেগে মোইরাং লৈকোইপুংগী চীংতম, চীংয়া-তময়া পুমমক লোইচল্লে॥ মোইরাংনা পোয়রৈ (ইম্ফাল) পাম্নাগী লমদা, চাংঙাগী নোংচুপ থংবদা থাংচৌংগী শঙ্গায় শারে॥ ঙান্নগা মোইরাংগা পনা অনিদি মোইরাং মায়গৈদা লৈরে॥ ঙান্নগী মনুংদা খাবঙান্না, খাবা তিন্নবদি য়াওদে। অস্নুম্না লৈরবদা চেংলৈ সলাইগী অয়াম্বা খাবাঙাম্বা ওংনা লৈরে॥ সর ং লৈশাংথেম, হাওরোক কোম্থৌজমদি য়াওদে॥ অতেপ্পা চেংলৈ অয়াম্বা খাবা ঙান্না হায়॥ মোইরাংদগী পাখংবা থুলকাররুনি হায়বগী ইম্ফাল পানা লৈবাক মীয়াম্না নুংঙায়বদা খাবগী মীচং থায়রে॥ নিংথৌ পোংবা তরানা পাখংবা পুখংনবগী থৌরাং কম্না হোৎনরে॥

# স্নামহি সলাই খাৱবা

| স্নামহি সলাই তরেং | পাখংবগী সলাই তরেং |
|---|---|
| ১। খাবা | ১। ৱাংঙম—নিংথৌজা |
| ২। খাবা ঙানবা | ২। নোংবাল—অঙোম |
| ৩। মঙাং | ৩। লুংবাল—লুৱাং |
| ৪। চেংলৈ | ৪। সৱাং—লৈশাংথেম |
| ৫। ফান্তেক লুৱাং | ৫। কেগে—মোইরাং |
| ৬। কংলৈ অসিবা ( অঙোম নিংথৌ ) | ৬। খুমুং—ঙানবা |
| ৭। মোইরাং ( সন্তোং নিংথৌ ) | ৭। নোংয়াই—খুমল |

খাবা সলাই অমদি চেংলৈ সলাই অনিদি পাখংবগী য়েক তরেংকী মনুংদা চঙলকপা, সলাই খাইদোক্লগা মাপল শুই হায়বা ঙসি খাবালাংথংচ, কংলৈ অসিবা অনি অসিনি। স্নামহিগী সলাই তরেংতগী খাবা সলাইগী খাবা লাংথংচা অসিদি মাইবনি, ফৈদানি পান্থোইবীগা লোইনরগা মুপী ওই, খাবী কৌই॥ মুপা মুপী সাইওনবনি মাগী লাংওন নিপা অমনা চীংচেং নায়ন পাঙ্গনবা কৌএ॥ মাগী ঈদি চেংলৈনি। মরম অসিনা খাবগী মীচংদা লৈবনি॥ খাবা লাংথংচাগী লাংওন পাঙ্গনবা ওই॥ পাখংবগী ঈদা য়াওদে॥ স্নাওদবগী

মরমদি পাখংবনা লাইহুরাশিংগা শান্নবদা শিন্না লাংবা, শেম শাবা মপু খাবা লাংথংচানি ॥ য়ৈখাইবা খুঙাইবা থোঙদা ঙাকপদি কংলৈ অসিবনে ॥ মনুং শিন্না থৌরাংদি পাম্থোইবীগা সিংজা খোম্নীগা অনিনে ॥ মতাং অসি থঙ্ডবা মীওইবদি খোইয়ুম লাইগী থৌজান্না লাইরমলেন্দা লাইগী ঃপোক, মীথোই মীহেন্না ওইরগদবনে ॥ মী ফন্তবা খুংকাই সাকাইদা তাকফরোই।

---

পাখংবনু মোইরাংদগী পুখৎনবগী নিথৌ পোংবা তরানা থৌরাং তৌরে। লৈপুংদগী চকপা লমলা মাইবীনা থেম-কংপা য়াদহুনা পাম্থোইবীনা (খাবা লেংনৌ মোম্বীনা) থেম-গৎলে। থাংচৌংনা খুং খোংহুনা থেমই ॥ পেনা খোংই ॥ হায়রিবা ময়াম অসি হৌজিক হৌজিক লাই হরাওবনচিংবা লাইগী থৌরমদা তৌরিবা অসিনি ॥ মরম অসিমা পাখংবদি হায়গী মীগী মশক অদু লৈত্রে হায়বা অরেপ্পনি ॥ তাওরোই-নাইগী চয়েন্দা তৌলগা লাইহুরাশিংনা ইশৈ শক্তুনা পুখৎ-লকই হায়রি ॥ শমুরো য়োবদা পেনা শেম্বগী রা ইরম্বা অসি-নচিংবা ॥ লাইরেন তাওরোইনাংদা তোংবা মতমদি লাই ওইবগী রানি ॥ হিয়া হিরেন ভোংবদান হিয়ং হিরেন তোং-গদবনি তাওরোইনাংগী শক্তমনি ॥ কারকইবা পাখংবা অসি মীওইবগী হকচাং য়াওদ্রে হায়বা অরেপ্পা খঙলে ॥ কংলা কোন্থুং য়োরগা লাংলং শংলালচান্দ থুংলবদা মৈইরাংগী চাওবা

মৈলেবনা খাবা কাপথুরে ॥ মোইরাংগী লমমিংলোন্দা লাংগেন মপোক অকুমলক ওইব মুয়াংচাওবদগী চাওবা হায়না তেংথাই। নিংথৌ অকুমলক ওইরবা মতু থাংচীংগী চৈনা নিংথৌ ওইররদা মোইরাং চাওবা অনিশুবা নিংথৌ ওইনা মথং মথং মোইরাংদা পানখি।

মোইরাংদগী পাখংবা কাবক্রে ॥ পোইরৈ কংলৈপুং ময়োংদ লাংশংদগী নোংজুমশংগী শংরো লপলেন কাদা লাইনিংথৌ পাখংবনা স্না কপ্পাল তোংলবদা থৌগল মশিংশুনা থৌগল্লে॥ মতম অসিদা মোইরাংনিংথৌ ডংনিংশংনা লৈবাক ডাকএ॥ মতৌ অস্য়ম্না লৈরিঙেদা তাংবোংনাইনা তুবু সানা (লিনগী মশক সনা) নোংজুমশংডদগী পাখংববু য়ুমজাও তাম্না পুবগা য়ুমজাও লৈমদা সিন্নরে॥ নিংথৌ শেম্বনা মোইরাং অথোবদা পাখংবা চংখ্রে পাও তাক্লুদা মোইরাং অথোবনা লম্বু সনা (লাইরেন সনা) পাখংববু মাইগৈ মরিমক্তা কোইচেন চেন্দুনা থিরে॥ থিবা খঙদরে॥ কদাইদা, কমদোনা হেনখিবনো হায়না হায়নহৈবগী মমিং পুথিবা কৌএ॥ মতুগী মংমনা খুরাইদা লাইপুথিবা কৌনা খুডম থমই। মোইরাংথেম পুথেন্না থোগল তৌরে। হৌজিকসু তৌরি॥ মোইরাংগী লাইনে॥

য়ুমজাও লৈমা য়াবীরোক লাইরেম্মনা লৈথম্ব খিং খিং শিংথাবা পোকএ। মচন অনিগা পোকএ॥ ডাংডোইপু (সিন্না কোংদিংনু) অডোম য়ুমলেনলৈমা (শান্তোইবী) পোকএ। থিং থিং শিংথাবদি লৈন্নুংদা, কংলাগী ফালথোং মথাদা প্রপ্পা

লৈরদগী হায়া লৈবা লৈখুলদা চংখ্রে (মারজিংদগী) খিং খিং শিংথাবদি ঔগী শামৈথাং মিরাপোংথোকলম লমলেন কোনখীরাংগী, অরাং নোংকু মহুমথু চীংচু নোংখোং যম্বনা চিংবা ইরম থাইএ ॥

অরাংবা নোংথৌ লৈবাক (লাইগী য়ুম) মমুংদা (নোংদেন্দা) লৈবা অয়াম্বা, লাইনা চিলপা ঈশিং ইরম মথং মথং তারকপগী ইরম মীনা য়ৌকপা (ইরুবা) লাই নিংবগী অথোইবা লম কোনখীবা, ভাকপীবা থোজানবীবা মফমদগী ঈরিনগী ঈরমদা তারকএ ॥ মফম অতুদগী লাক্রিবা মতিক লৈবা মীশিংনা পাখংবদা কাংবু ফানা অমাই, অশৈ, পুক্রোইবা, তাক্না মান্নী খোইনিং ময়াম্বা লালমীনা ইমিংলোই, ইমাংলোই, মৈরুল পায়বা চোংপে খাম্বা, খাওয়াই, শেংবা চানবা খুংসু-খুংলাই পোংলম পুম্নমক মশিংতুনা পীরকএ ॥ থৌরাং তৌবীরক্লে ॥ পাখংবা সুমিংকুম্না অচৌবা মৈভান্না ভান্না লমলেন কোন্বীরাদগী লিলরাই ইরম (ইরিদ মকুদগী ঈশিং ইরম তুখুল ইন্না লাকপা) লাইরেন মৈদিঙগুদি থোইয়ুম ওজা চীংমাবা (মারজীং চীং) য়ৌরক্লবদা চীংমী লানমী অয়াম্বনা পাখংবগী তেঙ্গালদা মতেং পীবা চংলক্লে ॥ হলচীং চীংমৈ ইন্না (মারজীং চীংমৈদা) কুমথরক্লে ॥ পুঙ শেন য়ৈত্নুনা পেরে থরাওজি খোংনা শালাও লাললাওখোলগা লোইননা কংলা তুবিয়োই কোম্মুংদা চংলক্লে। নিংথৌ পোংবা তরা সোরা (লাইনিংবা) লৈকুং লৈরাইদা লৈবা অহুমক্লা নিংথৌগী তৌফম থোকপা থোগল তৌরে ॥ অরাম্বমা

ইরুবে, অশাংবম্না খোংহামএ ।। পান্থোইবীগা সিরা কোংদিংসুগা মচন অনিনা মাগুদা লেপ্লগা থৌরম পুম্নমক থৌশিল্লে ।। হৈরোং ঙিংথৌগী মমোমলোই লাইম্নাবু হৈরোং নিংথৌনা সমু খুৎশিন্নরে ।। অমাইবা কোন্দে খুৎচুম মাইনা লাইশোন শোল্লে। মৈ়িক মৈবা লাংলে ।। লৈন্নুং থারুক অশৈবনা তুবীয়োই নোংদা লাইরেন পাখংবা ঙিংথোল্লে ।। ফম্বাল মিংছল্লে ।।

নিংথৌনা ফম্বাল তোংবদা চীংবুরোই তম্বুরোই নিংথৌ পুম্নমক নুমিৎ মঙানি তিল্লে। নুমিৎ মঙানি গুরবদা মাগী মাগী মফমদা ময়ুমদা চৎল্লে ।। মম্বাম চৎল্লবদা লাইনিংথৌ পাখংবদি লৈবাক্কী য়ায়েন থৌদাদা অচান অরাই নাইদবা, মীচং মীখাই লৈতে ।। তোল্লবা মীবু ঙাকপিবা, য়োকপিবা ।। খোইয়ুম লাইবু নিঙবা, থকসি খাসি নাইবা লমচৎ তম্বী ।। চহি ফারকপা, কুমগী চৈহোৎথা লমতা থাগী নোংমা পানবদগী মশানৌ লাইম্নাগা লাইখুরাশিংগা লোইননা শান্নেএ ।। খাবা অমদি মনাইশিং খগুহন্দনা মশানৌ লাইম্নাগী লেমলৈ ঙাতাকোন খুং খুং নানৌরোক পুরুমচিংখোং অনেম্বদা লোংলগা নুংশি নুংওম্না মুঙাইনা শান্নেএ ।। নুংথিন্দা লাই ওইনা লাইরেম্বী লাইখুরেম্বীগা লাইরেম্বীশিং অমদি লাই পাখংশিংগা শান্নবা অচু নুংথিল লাইওইবা কৌএ ।। অহিং মীওইবা কৌএ ।। অহিংদা লাইম্নাগা খোইনৌ মতাতরুকমক—চিংনু ১, থমনু ২, মচুমনু ৩, অরাইনু ৪, থেরে লোংবমচনু ৫, তোম্বাংনু ৬, পুম্না মখোয় তরেৎনা ঙাতাফম শেম্লগা, শগু শারগা শগু মনুংদা

থুপ্পা, পুক্লিং ছুবা হৈরাং হৈরাং নিংথিনা শেম শারগা মনম মুংশিবা লৈচিন্নবা, হৈ চাবা ইবাং হৌনা শয়েএ ॥ পাখংবনা মুংথিল লাইগী মশক ওই হায়বা অসি লাইরেন তাওরোই-নাইদা তোংবা মীগী মশক ওইদবা য়াই ॥ লিকলাইগী মতুম ওইনা লৈবগী মৈতৈ নিংথৌবু লিকলাই ইবুংঙো নোংথৌরেন তুবা লাইরেন অসিনচিংবা হায়না তেংথাই। মরমদি খাবনা কংলাদা লৈবগী সরোন্দ লোন্না খুংলাই থোক্লক্কমি হায়নিঙই ॥ মাই ওক্লবদি তৌবা ঙমদবনা অতুবু পাখ বনা খাববু ঙম্মে হায়দুনা কচুবা তৌদে ॥ তাওরোইনাইদা তোংবা মরম্মা অঙাংখুইদা খাবনা ইবসন্দুনা লাইস্নানা ফৌরাদা ফৌ ফৌববু লিলনা ফৌ চারে তাকপদগী লিল ওইনা লাকপা পাখংববু হাংলে ॥ খুইনা মুংজেংদা থাদরে। লিল ওইনা লাকপা পাখংববু হাংলগা নুংজেংদা থাজখিবদা লাইস্নানচিংবা লাইরেম্মা হেলোই তরেংমক্লা নুংশি মুংওয়া কপ্পা কপ্পা মশি তানা চেপখোল লোংবু খোনবদা মাইরেম্মা তরেংমক্তা মিচং মীখাই নাইদনা, মনিং থুংনবগীদমক মীগী মশক অঙাং ওইনা সলাই তরেংকী অপোকপা খোনগংলে। লাইরেম্মা তরেংমক্তা অঙাং ওইনা তরেং পোকএ ॥ পাখংবগী সলাই তরেং পোকলে ॥ রাঙম নিংথৌজা ১॥ অঙোম ॥ মোইরাং ৩॥ খুমন ৪॥ লুরাং ৫ ॥ ঙান্বা ৬॥ সরাং লৈশাংথেম ৭॥ অসি পোকএ ॥

লাইস্নানা লোং খোন্বদা অঙাং মচা ওইনা খোলগংলগা খোম পিথকএ ॥ খোইয়োই তোম্বোক ওইরে ॥ হায়রিবা

অসি তাওরোইনাই লিল অতুনা পাখংববু শিন্নরে। লিলনা অঙাং ওইবা নত্তে।। মরম অমনা মচা খুইনা পাখংবা হাংলি হায়বা অতুগা অমুক লাইস্নানা খোনগংলে হায়বা অসিনা খুইদি লাইস্নাগী মার নত্তে। হায়বদি লাইস্নানা লোংদা খোলগংলিবা খোইয়োই তেংগোক অসি মচানি-পাখংবনি।। পাখংবদি শিবগী মথৌ তৌদে হায়না লাইরিক্লা হায়।।

## কংলৈগী অকোইবা লম মফম




তাওরোইনাই সিদবগী তুথেক থেল মাপলগী মফম—

১। থেলগী মফম অহানবদি কংলা ফালখোঙনে।। ২।কুচুনে।।

৩। মুংগাইবীনে ॥ ৪। মোরাম্বা কৈথেলনে ॥ ৫। নোংছুম-শংনে ॥ ৬। খাওরৈবীনে ॥ ৭। চৌগ্রি পুংমে ॥ ৮। সুখোংগী মচিননে। ৯। ওকশংমে ॥ মফম মাপল অসিবু থেল মাপল কৌএ ॥

মফম মাপল অসি লাইনুংথৌ মাপলগী থেল মফমনে। খাইরশা ছুয়েল লালগী থাও হাইবা, থেঙ্গৌ শাবা হান্না শাশিং লানমিংচন্বা, লোইবী চী কাবা অয়াম্বা চী দা খোশাবা তমদা খোশাবা, থেংনবদা সোইগোইদবনে। হিরি কোনসন্ন চিংগন্ননে ॥ মফম অসিগী থে ইয়ুম লাইগী থৌজাম ফংলবদি সোম্নদনা শাকাবা, লাল ওমে হায়বা খঙএ। থেঙ্গৌরোন লাইরিক্তা অমুম্না হায়রি ॥ শালান চংপা মতমদা অহৈ অশিংনা থেনদা থৌসাবা, থঙ্গৌশাবা, থাং হাইবা অসি পাচা লোইশংনা নিংথৌরোন খুদিংদা তৌরকই ॥ তাওরোইনাইগী পাফল মতেক তুথুপ মাপলগী মফমনে ॥

খুনুংচক্কী মমৈ, লাংবচক্কী অহৌবদা লাইনুং খাবীরোক্লা নোংদা লাইরেন পাখংবা পোকএ ॥ খৃঃ ৩৩ দা মৈতৈগী অহান্বা নিংথৌ ওইএ ॥ পাখংবনা হৈরোং নিংথৌ মচা মিংওোল পান্নদুনা মচা খোইয়োই তোম্বোক পোকয়ে ॥ পাখংবনা কুমশিং ১২০ পাল্লমে॥ খোইয়োই তোম্বোক্লা খৃঃ ১৫৪ দা নিংথৌ ওইয়ে ॥ মহাকখক্তা পুং তিংএ ॥ হান্না লৈবদগী অনৌবা পুং মশক কমদা, মখল অমা ওইনা পুথোকলম্মী ॥ মপাবুং নোংদা লাইরেন পাখংবগী কম্বাল তোংবদা ইঙা থাগী

লোং খোংবগুম্বা খোংবু তুরেংনা শিন্নি-শিন্নবা পুং থৈএ ।। য়োই-রেন লোঙ্গা পুংক্রোইব-পুংয়ৈবনা, ক্রাংলোল পুংলোন হাপ্না পুংয়ৈ হায়বা অসিনা পাথবনা যম্বাল তোংবদা য়ৈবগী য়ারমনি ।। মমাংদা পুং পুথেকপগী মরমদি লৈশেম্ব মতম ইয়িচক্কী মতমদগী লৈরকএ ।। সম্বোং নিংথৌবু কাকংলে ওইনবা পুংয়ৈ চৈনা পুংয়ৈবা হায়না তেংথাখি । রাংলেন নহা পুংদিংবনা ফিতুপ ফিদাই চনুগী ফি শাবা লোইবগা মাগী পুং তিংবা লোইবগা হান্না তায়রএ ।। শিঙনবা-তান্নবা অতুগী রাংলেন পুং খুংনা য়ৈবা কৌএ ।। পোইরৈতোম্বা পুথোরকপা মলাংপুং লেংবান্দা, য়াল্লগা য়ৈবা পুংন্ন ।। তাওরোই পুংনা তাও-রোইনাইগী মশক 'মরু-মনাও' নাইবা খুংনা য়ৈবা (ক্রত্তোনগী পুং) অসিনচিংবা পুং অয়াম্বা মথল লৈ । মরম অসিনা খোইয়োই তোম্বোক্কী মতমদগী পুং মথল অমা নৌনা পুথোক-লম্বনি খঙই ।

খোইয়োই তোম্বোক্কা নোংবাললোম অঙোম নিঙোল নোংমোইনু অহোংবী পান্নহুনা মপারি য়োইমোংবা, তাওথিং-মাং অনিমক পোকয়ে ।। মচিন-মনাও অনিগী মতমদা তুরেন তেংই । ময়াম্বনা ইম্ফাল তুরেন, মনাওনা ইরিন তুরেন তেংন্না ইরম শেমলকপদা ফুনান চীং য়োরকএ ।। ফুনান চীং য়োরক-পদা ফুনান তেলহৈবনা ঐগী লমদা তুরেল ইরম শেম্বা য়ারোই হায়না শাওহুনা তেন কাপ্পকপদগী তাওথিংমাংদা তেন্না পান্নবগী ইথেং তারে ।। মতুদগী লিলোংদা তুরেন ইরম থৈচল্লগা মচিন

মনাও পুন্না তুরেন তেংমিন্নরে ।। লোকখা হাওখাখুল য়োরগা ককয়েন মীওম্বা ফারগা হাংলে খুল অত্ লোই চল্লে । তুরেনগী ঈরম চীংমুংছত্তা ইরম শেম্নগা ঈশিং চিংথরে ।। অতুদগী হাওখুল লোইচন্দুনা কংলাদা কারক্লবদা য়োইমোংবনা নিংথৌ ওইয়ু হায়বদা তাওথিংমাং নিংথৌ ওইয়ু হায়রে তাওথিংমাংনা য়াদে ।। মতুদা য়োইমোংবনা হায়এ—সানৌ তাওথিংমাংও কেকু লোংলগা পালচন চনবনা নিংথৌ ওইনি হায়না অংপ্পা সরি শোয়নহনা য়োইমোংবনা হায়া লেংলে ।। থিবা খঙনবা লোংলে ।। কেকু মঙারক তাওথিংমাংনা খঙলে। তাওথিংমাংনা অমুক লোংলে ।। য়োইমোংবনা থিনা থিনা লৈফম খঙদ্রে ।। মঙারক শায়েএ ।। মঙারক খঙদ্রে । য়োইময়াই তাওদনবা মুমিংনা চীংনা লুমগ্রবগী তাওথিংমাং লাকলবদা তাওথিংমাংনা নিংথৌ ফম্বাল তোংলে ।। নিংথৌ ওইফম থোকপা য়োইমোংবনা নিংথৌ ওইদ্রিবগী মরমদি—অঙোম নিংথৌবু থাই মুংজেংবনা কাপথিবা, লৈবাক মীয়াম্না য়াদবা মরম অতুগীদমক লাংওল মপোক অমদা য়োইমোংবনা য়াদবনি হায়বা খঙহনবা অঙোমগী লাংওম মপোকনে ।।

খৃষ্টাব্দ ২৬৪ দা তাওথিংমাংনা নিংথৌ ওইরে ।। তাওথিংমাংনা হাওমুখু পায়হনা খুই নিংঙোম্বা পোকয়ে ।। খৃষ্টাব্দ ৩৬৪ দা খুই নিংঙোম্বনা নিংথৌ ওই ।। খুই নিংঙোম্বনা হাওমুহন পায়হনা পেংসিবা পোকয়ে ।। খৃষ্টাব্দ ৩৭৯ দা পেংসিবনা নিংথৌ ওই ।। পেংসিবনা লাইতোংখু পায়হনা কাওখংবা

পোকয়ে ॥ কাওখংবনা খৃষ্টাব্দ ৩৯৪ দা নিংথৌ ওই ॥ কাওখং-বনা লাইতোংহন পান্নচুনা নাওথেম্বা পোকয়ে ॥ নাওখম্বনা খৃষ্টাব্দ ৪২৮ দা নিংথৌ ওই ॥ লাংবচক ( কলযুগ ) হৌরকপা নোংদা লাইরেন্দগী নাওখম্বা য়োবা মিংথৌরোন তরেংসুবা খৃষ্টাব্দ ৫৬৮-৬৭ অসি ফাওবদা পানখিবা অসিদি হয়িচক হয়া-চক ( সত্য, ত্রেতা যুগকী ) কী মতমদা চৈবা মীগী লমচৎ কায়দে ॥ অরেপ্পা লমচৎ, অশাওবগী মৈচাক অকন্না চৈতে। চৈবাক মীয়ামগী অপাম্বা, মীয়াম্না য়াবা লমচৎনা চৈবাক রায়েন তৌএ ॥ মীওইবশিংবু মাঙদনবা য়েক্লবস্থ মাঙহন্দে। অহন ওইরক্লবা মীনা চৎপ্রগা অমুক নহা ওইনা লাক্লগা মাগী হান্নগী চৈফমদা, মানা তৌরম্বা, থমলম্বা মপোং খুদিংমক মফম খঙনা লৌথোকএ ॥ মরম অসিদগী নিংথৌ তরেং অসি মশা অমা খক্তনা হঞ্জিন হঞ্জিন লাকপনি, লাইগী লাংওন্নি, লাইনি হান্না পুয়াশিংদা হায়রি।

হায়রিবা মরম অসিনা মথৌ য়াংগেন্ন, মীশিংবগী থৌরম ( কর্ম্ম ) তৌদে। পুরোই চৈকোইবা, মৈকোইবা, চৈকোইবা তৌদে ॥ সিঙপাক পাউহন্না—সিংকৈবাকী পাওচেনবা ( শিঙ-লুপ্তা তাকপা ), সয়ি কুহি মচি লেংনা—সয়ি কুহি মচিগী শিঙ লেংথোননা পুরকপা, কাইরৈ—কাই (কু) কাইরেন কাই-জাও, য়েক্লম খাংপোক য়েনপাক মথক্তা থান্না ( চোং পে খান্না ), হাওসি মংথিনবা—মীশিবগী পুংশেন চৈবা পুন্নমক অমক্তা তৌদে ॥

# অরাবা কোকনবা ইরম

অম ইবা কোন্দে খুংচুম মাইবনা নিংথৌ তরেৎমক্কী লাংওল-লকপা খুদিংগী নৌনা নৌনা নাইএ (শেংদোকপা) ॥ নাহেবগী মবমদি—(১) খাখোঙ (২) লাইখোঙ (৩) মরো খোঙ ৪) সুংজেং (৫) পুন্সি খোঙ ইরম ৫ঙা অসিনে ॥ খাখোঙ. লাইখোঙ, মারোং খোঙ সুংজেং মরিমক্তি কংলা মনুংদনে ॥ পুন্সি খোঙদি লুরাং ঈনে ॥ মঙা অসিনা শেংএ ॥ মফম তরেত্তি (৬) তাক্লা লৈরোং— লম্ফেলনে ॥ তাক্লা লৈবোং কৌবদ লাঙ্গোল ইরম অমা (মতিক লৈবা লম্ফেলগী মফম) চেম্প্লকপা ইরম অতুগী ঈশিং ॥ মফম অমনা তাক্লা কৌবদি কোংবা ইরোংদগী চেম্বরকপা ॥ ঈশিং ইরম অনি অসিনা তাক্লা পাওতারকপা ইরম মফম অতুগী ঈশিং, ইরম তরেংনা শেংবদি (ইকুবদি) লাইথুং তিনথুং কোকএ ॥ ইরম মঙানা শেংবনা মীথোই মীহেনবা, পুনসিবা লংজবা মরান কোকপা, অমদি মীওইবগী অরাবা কোক্লবনে ॥ মরম অসিনা কুমগী লাকয়েন চৈরাওবা সুমিত্তা কংলৈয়োই কোনুং অচনবদা নিংথৌগী, লৈমগী য়োইবু য়োইহৈ পুন্নমক অমাইবা শংলেম্না মথং মথং শেংএ ॥ মথং লেংনা নিংথৌ মরোন থুদিং অকুবা থৌরমদা মাইবা কোইশংগী ওইনা লৈএ ॥

নিংথেম নাওখম্বনা য়াওরৈবী চহু পাম্নহনা নাওফংবা পোকয়ে ॥ নাওফংবনা খৃষ্টাব্দ ৪৪০ দা নিংথৌ ওই ॥ মতম অসিদগী লাংবচকী ( কলি যুগকী ) মপুং ফাবা মতম ওইরবনা কাসা নিংথৌগী মতিক চঙবনা নিংথৌ ওইরে ॥ পাখংবনা কাসা ওইএ ॥ অঙোমদা লৈবা মতিকপু চিংসল্লে ॥ মৈদিঙগু নাওফংবনা নিংথৌ হেক ওইবগা লহান মোংগী (মমাংঙৈগী) ময়ু—মবুথৌ নোংদা লাইরেন পাখংবগী য়েক্লবগী রাবু কাও-দনা খাবা সনাই খাম্বী মৈরা থান্দুনা কোইথি থিহুনা খাবা হাংলে। খাবগী শাগৈবু থমলোই হায়না খাম্বী মৈচাক হোনা খাবা থিগৎলকপদা খাবা মরূপা অমদি সেলোই লংমাই চীংদা চংগ্রে ॥ খাবা মরূপ অমদি সেলোই লংমাই চীংগী রাংমা লাম্বথিহুনা তাংখুল ওইগ্রে ॥ লেমহৌবা খাবা সাগৈদি তুম্না মাঙহল্লে ॥ নাওফংবগী মতমদগী অমুক খুন্নুংচক্তা তৌখিবা শাফাবা, লানফাবা, হোংনেম্বা, মীনাই মীসন ফাবা, শগোল শমু ফাবা, কবো, ময়াং তখেল অতোপ্পা লৈবাক য়োম্না লান চংপা অহুগী মৈদিঙগু নিংথেম নাওফংবদি নমথক শরোনপুং কংলা থোন তরেৎ তানফংদরিঙৈ তিংই রাফোংলক লাবা নোংলৈফম রাইর শাফাবা কংলাথোন তরেৎ তানফংবা মিংথোল্লে ।

খৃষ্টাব্দ ৫০৮ দা শামৈরাংনা নিংথৌ ওই। অঙোমগী লান শোক্লবদা অঙোম নিংথৌ ক্লাকপ খরাম্বাবা হাংলি ॥ অঙোম লোই চল্লি ॥ খৃষ্টাব্দ ৫৬৬ তা উরা কোন্থৌবনা নিংথৌ

ওই ।। মাগী মতমদা মনাই কদেম সোইসেম্বা লোইনচুনা লংমাই চীংগী লান অকনবা শোকনৈএ ।। ওম্নগা নাদ য়েক্কনা হন্নকই হায়বগী অছু নোংগী ইরম মফম নাগ কৌবদি অচুঙৈ-গীনে ।। নিংথেম কেন্থৌবনা নোঙাগ্রবদা রাঙম নাইফাংথো পোইরৈ খুলফাংনা লেংনা তিংনা খন্নবদা মৈদিঙঙু কোন্থৌবগী মপারি বাওথিংখোঙদি নোংম্নাই খুমন নৈকোইপুংদা অদোন খুমল নিংথৌগী মযোম কৈরু হাংবী লেংঙনা খুমলদা লৈখিয়ে। অছুগা লৈবাক মীয়াম্না নিংথৌ ওইসন্নু হায়না কৌখংলেরে ।।

খৃষ্টাব্দ ১৮৩দা বাওথিংখোংনা নিংথৌ ওইরে ।। নাংথিং-খোংনা কম্বাল তোংদ্রিঙৈ কম্নোইমিং কাদ্রিঙৈদা লাইরম-লেনগী রারম, পুন্সিরোন, মমাংঙৈগী লাইওইগ্রবসিংগী লাই-শোন শাচেন্নচিংবা লুরাং পুন্সিবনা তশ্মী। বাওথিংখোংনা নিংথৌ হেক ওইবগা কম্নোই মিং কলা মৈ কাদরিঙৈদা লংা-ম্নোং খুনুংঙৈগী রা কাওদনা মযু-মবুথৌ কাংবগী য়েক্কবা মঙাং তুম্না হাংলে ।। খান্নী মৈরা চম্না লেমহৌবনু হন্ন-হন্না লোইনা মাংকল্লে ।।

( অসুম হায়না পুরাদা লৈরিবসি খন্ননিঙাই লৈননিঙাই ওই ।। নিংথৌ কাংবা অসিদি হয়িচকী অহাম্বা তাইবং মীওই-বগী নিংথৌ অহানবনি হায়না লৈপ্রে । মাগী মচা মাপল পোকপা অচুনা তোঙান তোঙান্না শাপে ওইচুনা জাং তিন্নদবা ওইচুনা অতে ম্না লৈবাক্তা চংথিবনা চংথিবা লৈহৌবনা লৈহৌবা হায়না পুরাদা

কায়রি ॥ নাওখিংখো দি লাবচক্কী নি থৌনি হায়না মৈহৌ-রোন্দা হায়রি। শঙ্গাই ফম্মাং পুয়াগী অহৌবদা পাখংবনা ভুবু ওইরিবৈ ( লাইরেন ওইরিবৈ ) কেউকাং সেউকাং নৈমা উরূম খৌজোন্নীদা হাথবদি (পোকপদি) কাবু পুকল সেলুংবা কৌয়ে ॥ নোংদা লাইরেন পাখংবগী শেংনা চানা পান্না হৈবিক লুংয়ে অহুগী পুকন সেল্লুং কৌয়ে হায়রি ॥)

পাখংবনা ভুবু লাইরেন ওইনৈডদা সেউকাং—উরি কাং৹ গোই থরক পান্না মথল অমা কাংখিল, কাংখিলনা খরা পিক৹। কাং শান্নবদা কাংখিন্না কাংখুন্দা খিম্বা। সেউ কাংনা কাপ্পা ॥ লমথা কাংমিতম চেকফৈ পান্তুম লাক্লা, লমথা—চেকফৈ শান্নরম্বা মমাংদৈ কাংহৌব উরিগী মখক্তা পোকপা মফম অহুবু কাং-পোকপী কৌই হায়। বা পোকপী হায়বগী মফমদি কংলাগী লাইফম অমনি। লাইফম ইবা লাইরিক্তা হান্না প্নখোং পুংযুংবী কংলা পাংকী লম্বী অচৌবগী নোংচুপথংবা জনষ্টোন স্কুলদগী মমাংথংবা মখা অরাংগী কাংপোকপী কৌই হায়না মেপ্পা নৈ। কাংগী মফমদা মক্তা পোকপগী কাংবা কৌই ॥ পাখংবগী লাই ওইনা য়াংথোকফম মফমান, থৌনিরোন্দা ইরা ফমনি হায়না নৈ ॥

খুন্নুংচক্তা পোকরৈ নৈশা হুন্না নিংথৌনা পোংবা তঁরাগা পান্নম্নে হায়না থিম্নেন লয়াং পুয়াদা হায়রি। অহুগী মথ দা লিংথৌ কাংবা অহুনা মোরি ফম্বালচা কৌনা চহি ৫০০ (চাম্মঙা) পান্নম্নে হায়না পুয়ানা হায়রি ॥ শাইওন লাইরিক্তা শ্বারা

রেনগী মচানা হেনোই ওইনা লৈমরেনগী সাইওন লৈমাতাগী কাংবগা ওংনরে ।। নিংথৌ পোংব তরাগী মমিং লৈমা তাম্বু. নিংথৌ কাংবা, নিংথৌ ককস্থবা, তোংকেনবা, পিতিংগোই লাম্বীচা, মমিং অসি চিনা নোংদা লাইরেন পাখংবগী (শেংনা পান্না লুংবদি মখোয়নি ) মমাংদা পাল্লগী ব্রারম লাইরিক অয়ায়দা হায়রি ।। কাংবগী মহুক্তা লৈমা তাম্বু মোরি ফম্বালচা হায়নম্ব হায়রি ( কাংবম্ব হায় ) ।। মোরি ফম্বালচা হয়চকী কাংবগী মনাওদি হঙেঙাইগী মশক্তি হায়রি ।। খুমুংচকী নিংথৌ কাংবনা ওইবা মোরি ফম্বালচাদি নমু তইবং মীগী মশকনি মাঙ্গবনি ।।

## মণ্ডাং শাগৈগা কাংবগা য়েক্রবগী মরম

মৈদিঙ্গু নাওথিংখোঙগী মতম লাংবচকী মতম অসিদদি মণ্ডাং পুন্সিবা নোঙ্গাখ্রে ।। কাংবগী মতমদা পোইরৈতোন্না নোঙ্গাখিবদগী মণ্ডাংনা লাইগী শিন্তোং পুম্নমকী লাইনিং লাইশোন, ইরাং থৌনি, লাইনিং লম্বী থৌরমগী নিংথৌ ওই। হকচাং কায়াংকী লাইরিক, হকচাং শাজেমগী লাইরিক-শিংদা মণ্ডাং পুন্সিবনা চহি ৪০০ (চাতরেং), লুরাং পুন্সিবনা চহি ৫০০ (চামঙা), খুমল পুন্সিবনা চহি ৩০০ পুন্সি ।। মণ্ডাং, লুরাং শুক্রনা খঙলোবা, লুরাং শুক্রদগী খুমল শুক্রনা খংলোবা

হায়রি ॥ অসি মতিক ময়াই লৈবা মী মাংহনবা ঙম্বা. নিংথৌ শেম্বা মতিক ময়াই লৈবা লাইগী থৌজাল ফংলবনি ॥

লৈমুং লোঞ্জা পাখংবনা তুবু ওইনা পোকপা ॥ মমা লৈমা উরুম খোংজোনবীগী মচা নিংথৌ কাংবনা শাকহন্দগী মমাং খুনুংচক্কী মমৈ ওইনা ফম্বাল তোংলবদা, ঙসাইগী কাংমরক মরূমদা পোকই হায়বগী কাংবা কৌই ॥ লাইনিংথৌ মপোক পাখংবনা কোঞ্জিন তুথোকপগী মপা অমুক মচা অমুক ওই। হান্না মমিং কাংব' হায়বা মিংথোল অসি লাংবচক্কা পোইরৈ চাদোন ৱাঙম স্নুদোন্না কাওদনবগী লাংওন মপোক অম ওইনা শানফোংলক্লে ॥ লৈমা অতুগা লোইনহনা ফম্বাল তোংলে ॥

মতমসিগী হায়রিবা নিংথৌ কাংবা অসি অতোপ অতোপ্পা লাইরিক্কা য়েংলবদি থেন্নৈ ॥ নিংথৌ কাংবা লৈমা কংখল, নিংথৌ তারি লৈমা তাম্নু হায়বা অসিদা তারি অসি কাংবা হায়নস্নু লৈ ॥ পোইরৈতোন খুন্থোকপা লাইরিক্কা নিংথৌ কাংবা হায়বা অসি তারি মতমনি হায়রি ॥ তারিমা পোইরৈতোন থেমদোক্লুই হায়রিবা অসি নিংথৌ কাংবমু তোরিস্নু কৌই ॥ খম্মোই য়াম্মোইগী ৱাদি খুনুংচক্কী কাংবনি ॥

নিংথৌ তারি লৈমা তাম্নু. নিংথৌ কাংবা লৈম কাংখল, মোরি ফম্বালচা নিংথৌ কাংবা লৈমাতাম্নু, নাওথিংখোং পেতাংঙা অম্সুম্না ইবা মৈহৌরোনস্নু লৈ ॥ মতম অদুদা মঙাং

শাগৈনা লাল হৌরকপদা কাংবদি কাঙছামুংদা খুলঙুম্লে ॥ নিংথৌ কাংবা নৈমা কাংখল কৌনা লৈরে ॥ মঙাং নিংথৌ পুনসিবনা কংলাদা মঙাংগী মফম অমদা মঙাং (গুরু), মঙাং পুনসিবা কৌনা লৈরে ॥ হায়দি *চীংমৈয়োংগী মমাং ইরেনগী মপান্দা ঙানবা অরিবগা লৈবদগী কংলাদা মঙাংগী মফম অমা লৈরে ॥ লুরাংগী অমা খুমলগী অমা গুরু অহুমগী খুভম থম্লে ॥ অসাইগী নিংথৌ কাংবা অহুনা কাঙডা মনুংদা মতম খরা লৈরগা

*থক মথা মমিং ওন্ন-তৈমনা হৈবা অসি লাংপল্লকপগী মতুং-ইন্না মৈতৈগী সিল্লে লেংবশিংনা মতম, চংনবী অতুমক খ.নৈ ॥

মমিং মোরি ফম্বালচা কৌনা ( মমিং হোংলগা ) লৈরা তনুগা রাঙম পোইরৈ কংলৈপুংদা খুলগারক্লে ॥ মোবি ফম্বালচা লৈমা তান্নু কৌনা নিংথৌ পোংবা তরাগী মরক্তা নিংথৌ অমা ওইনা কুমশিং অমা, ফম্বাল তোংবা রাঙম কংলৈগী নিংথৌ লৈতবগী নিংথৌ পোংবা তরাবু নিংথৌ কাংলে ছায়বগী 'নিংথৌ কাংবা' কৌরে ॥ মরম অতুগী নিংথেম নাওথিংখোংনা মঙাং শাগৈ থম্লরোই হায়না অকনবা মৈচাক্লা লোইনা তুম্না হাংলে ॥ মঙাং পুনসিবগী মচা কোনখুজাদি লমলোং কাইগী খালৈ লৌফমদগী ফারে ॥ মঙাং কোনখুজাগী পারি মচানিপা মঙাং সিংমিং-য়োইরেম্বদি খাবঙানবা সন্যাইদা থুপখিরে ॥ খরানা ঙামবা ওইরক্রে ॥ অতুঙোংগী—ফাবতুগী নাওথিংখোংনা ফম্বাল কারবদা মৈদিঙঙু নিংথেম মঙাংঙম্বা মিংথোক্লে ॥ নিংথেম নাওথিংখোং

মঙাংঙম্বনা ৱাঙম কংলৈ ফম্বাল কাবা মতম অসিদা চীংনা কোইনা পনশাবা পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্কী মোইরাংগী. কেগে লৈকোইপুংদা কংলা অমা লৈএ ॥ খুমনগী নোংয়াই লৈকোই- পুংদা কংলা অমত্তু লৈবনা সলাই তরেৎ লৈবদগী য়োইহৈ সলাই মঙা হায়নসু মিংথোল্লি ॥ য়োইহৈ সলাই মঙাগী ফম্বাল মৈদিঙগু মঙাংঙম্বনা কারে। পেতঙঙাদি য়ুমঙাও লমযান কাদা নোংগাখরে। খুমল নিংথৌগী মচানুপী খায়োইস্ত- রেন কৈরুংহাবীনা মোইরাং নিংথৌ মচানুপী ইরংলেন লোই- নানু খুমলগা মোইরাংগা সলাই অনিদি সেনলৈ, পইরৈ ঙাইসেন ওইনা সিল্লাংজুনা থৌবাং পুন্নমক মপুং ফানবা কোংনৈ ॥ হোংবা হোংনেম্বা লম্মুগী থৌরম পুঙনিংচনা কন্ন হোংনবগী মৈদিঙগু নিংথেম য়োইখুঙ্গাওবা কোনা মিংথোল্লি।

# নাওথিংখোংনা হোংনেম্বা

নিংথেম নাওথিংখোংনা হোংনেম্বদা লোইবী চীবুবোই চেম্বাতঙ্গ থনবা পুন্নমক্কা ফিবেং চমিংলোই (ফী মখল অমা) ফিরাক তেমসালোই (ফিমরাক ফিশাতেম্না শাবা ফি) ফিতুং থৌরি কাচালোই (থৌরি ফি থৌরিগা লোইনবা) উশোং লোইরালোই (উশোং কৌথা উচেক্কী মতুফি) চকপা লোংজুম- (পাম্বীদা পাম্বা মহৈমবোং অচুম্বগী মখল) থাংলেন চুম্বুললেই,

তিমেল তাবুল লোইবা লোইয়া কাইদা (থাং মপুল তা মপুল কইদা লোই কারকপা ॥ কবোনা সেম্বী য়ুময়াম্বা মশিং থানা অরেং সেনবাল্লোই ( কবোগী শেন শাবা য়ুম মশিং থিনা, খল্লা, শেল লৌখৎপা সেনবাল্লোই ॥ তুমুং লংবালোই ( লংনাইবা শং ) কারকএ ॥ চোইনৌম্না, কোলবাললোই, স্নানাশাবা লিক, খুজি, নাশিকা, কোরিন্নচিংবা চরৈ (কাব্রং ফিগে) লোই কারক্লে ॥ খোংনাং ( নোংচুপ মমাং 'কসার' ) লমদগী চোইনৌম্নাগী লিক, খুজি, নসি, লিকোন থাওজাও, মোইবুং পোংতম কোবথোং লাইবু লোই কারক্লে ॥ শগোল লেংবুরোই, শাজম লেংবুরোই মী অনিনা পাপোংচৈ অমদা পুবা পরেং অমা ॥ পাপোং লংবুরোই, মী অমনা চৈ অমদা পোং অনি হাপলগা পাপোং পুবা পরেং অমা পরেং পরেং খোংকারক্লে ॥ চীংখোং চী য়া লোই লম্না চেংপোং লাপোং, শিংপোং মহৈ মরোং, চফু খরুং ভাঘ, রান্দোললোই কারক্লে ॥

ছন্দুংনিংথৌ কেলাইবনা (তাংখুলখুলগী অখোবনা) মোইমি লৈচুনৈয়ে (মাগা লোয়ননা য়ুম্বী য়ুংবা উখুল তৌবা) থাঙ্গাল চীংগী নিংথৌ খরোব মাগী খুলগী মীশিংগা লৈমু শেংথানৈয়ে ( লৈবাক মফম শেংদোকপা ) ॥ মোন্থৈ চীংগী নিংথৌ সমন্তে, থোয়াংবা (লান্দ থৌবা) অথোবা মহাক্না লৈচাও সেকওইপুং (খুলগী মীশিংনা লৈবাক মফম ফজনা শেম্বা ) ॥ চীংগী কসোম নিংথৌ নোংলাংপুনা কলম চাতাই ফকলোং মথানৈয়ে —(মাগী খুলগী মীনা ফক থানবা কনম্না শাবা ফক্লোং পুরকএ )॥

চীং থলগী মুংবা নিংথৌ মুংলাইবনা লুক, অওল্লুক, সায়রুক, পোলফিরুক মথানৈয়ে ॥ ( পয়ানা মথল অয়াম্বা পোং মাগী খুলগী মীনা শাইয়ে ) ॥

(১) পাইখুনিংথৌ (ব্রহ্মদেশকী লম অমা) ওরসি মাবু শংজি মথা নৈয়ে ॥ (২) মঙ্গল (বেঙ্গোলগী লম মক্ষম অমা) গী নিংথৌ চম্পা রাজবু শংজি মথানৈয়ে ॥ (৩) অৱা (ব্রহ্মাগী লম মক্ষম অমা) নিংথৌ শিঙ্গাপালবু শংজি মাথানৈয়ে ॥ থোংনাং (নোংচুপ কসারগী লম ) নিংথৌ তেকা রাজা শংজি মথানৈয়ে ॥ নিংথৌ মরিনা মাইগৈ চিথেক মরিদা শিনবা লাণ্ডবা, ডাকপা শেম শাবগী লৈরে ॥

চীংগী খুল মেন্দেগী থাংস্নুৱাকপা তখেলগী লিলচিকপু অমদি লিলতোংপু ভুয়ান্বা ফাবগী কৈশুমশঙদা থম্লে। চীংয়া তময়াগী লোইপালগী চীংতমগী মীফানা মাই ওইনৈয়ে ॥ তুবী কোইজা য়েক লাইবেন য়াংলিসোন্ন তম্না য়ুমলাই থিংএ ॥ খুম্বী নোংলৈশঙনা যৈনা থিংনা লৈখাম তরৈ য়াম্না হেংমোইশঙনে ॥

পাফল লাইরেনগী মকোই সানা, কোইসন্না শেম্বা, অকোইবা মকোই অয়াং ময়াংদা লাইরেন মথেক সানা থেকপা খোইবা অতুনা শঙ অতুগী ময়োন্দা মকোই পাফলগী মমৈ মকোক অনি নক্লবা অতুগী মপান্দা শংগী ফক্লাং নোংলৈ উনা অহাংবদা কোলফৈ খাবা, কোলফৈদা লৈখাম ( লৈ পরেং য়াম্না লৈতেংবা ) ॥ হায়রিবা অসিদা ইশৈ খোংবু পরেংনা লাইরেনগী মথেক শাবা

মকোক চিংবা অমা, মমৈ মৈতোম্না খোমদোন লংবা কৌই। ইশৈশগী পরেংদি লাইরেনগী মশক্তি॥ লাঙ্গিরেনগী মকোইগী মপাল কোনকৈগী মনুংদা মতিক ময়াই লৈবা মীওই অম্নাম্না মতিক চাবা মফম মফমদা লাইগী মশক ওইনা ফম্লিবনি। কুমজা খুদিংগী অহোং য়োইথোলপুং (হন্না হন্না হোংলকই)॥

মৈদিঙঙু নাওথিংখোংনা পাম্বা মতম অসিদা কুমশিং ১২/১৩ রোম হোংনেম্বগী মতম শুরকপদা পোংনিংথৌ স্নুকন ফাগী মনাও শমলুংনা (অমা লৈবাক্কী) নোংচুপ লমদা লাক পদগী মৈতৈ লৈবাক্তা মহাক্না নোংপোক ইঙ্খোল্দা লৈরগা নিংথেম নাওথিখোংগী রাইশ। ছুয়েল লালগী থৌরে মতেং পাংলমই। মহাক্না লাম্মীশিংগা লোইননা লৈরম্মী॥ হায়বগী নোংপোক ইঙ্খোলবু পোং ইঙ্খোল কৌই॥ মৈদিঙঙু নাও-থিংখোঙনা পোকপা মচা মম্বু তশেংবমক নত্রবস্থু কাংঙুজম শাগেনা অপোকপনি হায়না লাংলি॥ চহিগী লাইগী মথৌ হৌজিক য়ৌনা তৌরি॥ মৈহৌরোন্দা কাংঙুজমদি (কাংছু-জম) নিংথৌজা সলাই অরিবনি। নিংথৌ কাংবগী ঈনি, নিংথৌজা সলাইগা লোনহেদে হায়না লৈবা মরম অসিদা নাও-থিংখোঙবু কাঙুজমগী অপোকপনি হায়রিবা রাফম অসি মৈতৈ অশানবা চংনরকপা লাংওল মপোক খঙলবা লাই ওইগ্রবা অহল লমন্না চংনরকপনি॥ নাওথিংখোং অসি অশেংবা নিংথৌ কাংবগী লাংওল মপোক অরেপ্পা খঙবঙম্বদগী ওইরিবনি॥ অসিগুম্বা লাংওল খঙবা অসি খৃঃ ১৭০৯ ফাওবা গরিবনিৱাজগী

মতম য়ৌনা লৈরম্বী ।। মতিক ময়াই লৈবশিং অসি অপোই মচা হায়রগা খঙবৈ ।। খোংথাবস্থ অমুক কৌই ।। লাঙ্গোল লুখোইদি মমিং ই·হোংদে অমুক মাঙপ্রগা হল্লকপা, হজিন হজিন নহা ওইনা লাক্লগা লাঙ্গোলদা থম্লম্বা পুম্বা লৌখোকপা ।। অসিগুম্বা মৈতৈগী লাইরিক্তা লৈবনা চংনবী ওইলা খঙনরকই ।।

মরম অমনা, মোংদা লাইরেন পাথংবগী মচা খোই-য়োইতোম্বোকনা নোংবাল্লোল নোংমোইনু অহোংবী পান্নহুনা য়োইমোংবা তাওথিংমাং অনি পোকএ হায়না "কুম্বাব" না চিংবা লাইরিকশিংদা হায়রি ।। খুনুংচক্ত অপানবা নিংথৌগী মতমদা পোইরৈতোননা খুলথিরকপদা পোইরৈতোনগী পোং কোকথোংগা য়োইমোংবগী হিদা পুবা পোংকা কনানা লুম্বগে হায়না য়েংনৈ হায়না "পোইরৈতোন্ খুন্থোকপা" লাইরিক্তা হায়রি ।। অদুগা "পান্থোইবী খুঙ্গল" দাসু অসুম্না হায়রি —খাব মযুমদা পান্থোইবীনা লৈরিঙৈ, নোংপোক নিংথৌন্না কংলৈদা লাকপদা, পান্থোইবীগা উনবদা ঙাঙেঙাই য়োই-মোংবনা হায়— ",তঙ্ফা রাঙম্লোন পান্থোইবী লহাল লংমাই চৌংগী কম্থোংপুত্তা অঙৌবা লংমাইনিংথৌ কাইনৌ চীংশোম্বগা ঙাংনখিবা রারম কয়িগী কাওবনো হান্নগী রারেপ লৈবনে ।।" হায়বা অসি লংচক্তা পোকহবা খোইয়োই তোম্বোকী মচা য়োইমোংবা অসি নত্তে হায়বা অরেপ্পা খঙই ।। মতম অদুদদি নিংথৌ অপানবনা সেম্ব্রেং পাখংবগী ময়াম্বনি । কুপ্লেংনা অঙোমনি, মাগী লাংওন্নি হায়বা খঙনবগী ইরম্বনি ।

অসুম্না মতমদুগী চংনবীদা ইরম্বনি ।।

লোইরবা ।।

# কোংখ্রবা লাইরিকশিং

১। পাথংবা কম্বাল

২। পোইরৈতোন খুন্থোকপা

৩। মৈহৌরোল পুকোক

৪। মোংপোক লয়হৌচীং

৫। থাংজিং চীঙ্গোইরোল

৬। মৈতৈ জগোই (অনোইয়োল)

" " অহানবা শরুক

" " অনিশুবা শরুক

" " অহুমশুবা শরুক

" " মরিশুবা শরুক

লাইরিক ফংফম—অইবদগী

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ